# আর কে সি এস

## মহাক্লা ইরম্বা ৱারেংশিং





খোমজিঞ্জবা

**বুধিমন্ত কর্ত্তা**

# আর কে সি এস

মহাক্লা ইবন্বা ৱারংশিং




# আর কে সি এস - মহাক্না ইরম্বা ৱারেংশিং

# RKCS MAHAAKNA EERAMBA WARENGSING



Compiled by : R.K. Budhimanta Karta

Published by : RKCS Museum of Arts & Crafts,
Keishamthong Mathak,
Imph ' - 795 001 Manipur ( INDIA )
e mail : rkbudhi_44@yahoo co in

অহানবা ফোঙবা ঃ ওক্টোবর ১৩, ২০০৬ ইং

কোপি মশিং ঃ ৫০০

কোবর কন্সেপ্ত এণ্ড দিজাইন ঃ বুধিমন্ত কর্ত্তা

মমল ঃ লুপা ১৫০/- ( লাইব্রেরী এডিশন )

নম্ফম ঃ মোনিকা প্রিন্তরস, কৈশামথোং ।

ওক্তোবর তাং ১৩, ২০০৬ ইং,

৮২ শুবা ককাগী মপোক কুমওন লাকপদা,

লৈহৌরিবা নচা- নশু, ইমুং- মনুং খ্বাই খিবীক্লা

পুকচেল শেংনা কৎচবা শ্রদ্ধাঞ্জলি ।

# ৱাহৌদোক

লৈখিদ্রবা ঐগী ইয়াম্বা রাজকুমার ˝চন্দ্রজিৎসনা (১৯২৪-২০০৪) লৈবাক মীয়াম্না **আর কে সি এস** হায়রগা হেন্না খঙনবা চিত্রকার অসিগী পোকমিন্নবা মনাও অমা ওইনা, ঐনা খঙলকপদগী নোংমত্তা পোথাবা ফংদনা লাইয়েকপা হাইবা শিনফম অসিদা পুন্সিগী অরোয়বা মীৎকুপ ফাওবা কৎথোকখি - ঐগী য়াম্বুংদু। ইপা-ইপুনা কৈরাক থাবিরক্লম্লবা শিনফম ওইরম্বনা খুৎ-শা হৈবা, য়েক-খোৎপগী ৱাখল্লোন অসি ঐখোয়গী ইচিল-ইনাওশিংগী ঈদা লোইনা য়াওই। তৌবতবু ঐগী য়াম্বুং, মিং ওইনা পঞ্জরবদা **আর কে সি এস** না লাইয়েকপা হায়বা অসিনা হিংনবগী শিনফম ওইহৌবগী ৱানি। শিনফম অমা ওইরকপা হায়বসি প্রজা মীয়াম্না য়াবা, নুংশিবিবা তৌরু-তৌরুবদা পেনবিবা অমা চংঙি, মতাং অসিদা ঐনা ঙসি ফাওবা নিঙশিংদুনা লৈরিবা অমদি মতম অমদা মণিপুরগী চীংগী লমশিংদা পাকতক্লনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা হৌনরকপদা, বোরদিন (খৃষ্ট মাস) পালনগীদমক্তা "শঙ্গোন্দা যীসু খৃষ্ট পোকপগী লাইদু চীংগী লম অয়াম্বদগী থোমজিল্লক্কুনা য়েকলৈ, অদুবু মি অমত্তগী খুৎনা পৈশা ফংনিংলিবনী হায়দুনা লোইনা ঙমফম থোক্তবনিনা, য়েক্লিবা লাইশিংদু লৌবা লাক্লবা ফাওবা নংদবা খরদি য়াওবা থেংনখ্রে। মতমদুদা চীংগী ইচিল-ইনাওশিংদুনা, ঐখোয়দি য়াম্না থাপনা ৱানা লাকপনিনা ওঝানা চাবা থকপা ঐখোয়গী লৈফম পূম্নমক শীনবিগদবনি ... মতমদুদা য়াম্বুংনা নোকফেৎ তৌরগা মখোয়গী পেন্নবা চান-থক্লবা লৈফম চাফম শীন্দুনা মখোয়বু পেলহনখিবগী ৱারী লৈখি।

নিংশিঙলকপা অমনা মতম অমদা মণিপুরদা দুর্গা পূজা চাওনা চাওনা তৌনরম্মী, লৈকাই-লৈকাই দেবীগী মূর্ত্তি নিংথিজনা শাদুনা লাৎনরম্মী। লৈবাক্লা, লৈখোম্না শাই হায়বগী ৱাদনি নিংথিজনা চাওনা শাখিবা ঙাক্তনি।

নিংশিঙলকপা অমনা মতমদু ১৯৫০ গী মতুংদনি চপ্ চাবা চহীদি নিংশিঙজদ্রে। কুম অমদি অসাম রাইফল্সকী চাওরবা দুর্গাগী মূর্ত্তি অমা শাখি । মতমদুগী অসাম রাইফল্সকী কমানদেন্ট মশানা লাক্তুনা শারিবদু য়েংলে। দেবীগী মূর্ত্তি অদু বজাই বেঙ্গুন খোংদুনা, বমবুলা থাদুনা হরাও তয়াম্না অচৌবা কুম্মৈ অমগুম লৌবা লাকখি । মতমদুদা ইম্ফালগী খ্বাইরমবন্দ বজারদসু দুকান অমা লৈরে, দুকান্দুদনা পরুৱা সেবকশিংনা থবক মচা মগু য়েকপা ওইনা তৌখি । য়ুমদনা য়াম্লুংনা অরুবা, অচৌবা লাইশিং য়েকপা ওইনা তৌখি । ঐনা সুম নিংশিঙলকপদা য়াম্লুংগী পরুৱা সেবক কয়া লৈরম্মী, লৈখিদবসু য়াওনখ্রে, মখোয়শিংদু মণিপুরগী খেন্না খেনবা মফমদগী লাকখিবা ঙাক্তনি । মতমদুগী পরুৱা সেবকশিংদুগা য়াম্লুংগা নিংথিজনা লোইনবা, মখোয়না য়াম্লুংদা থমখিবা ব্যেবহার উরুরগা হৌজিক্কী মতমগদি ফনা য়াম্নদি খেনরে , হৌজিক্তি ওঝা গুরু হনবা ওঝাদগী ঐনা হেল্লে হায়বা ঙাক্তো ঙায়রে । ওঝা গুরুবু অহানবা লাকপদা খুরম্বা - চৎলমদায়দা অমুক খুরুম্বা য়ুমদা, হিংখোলদা নিংথীজবা হৈ- রা, য়েনশাং- নাপী হৌরবদি ওঝাদা কৎপা চৎনরম্মী । মসি পূম্নমক য়াম্লুংগী পরুৱাশীংনা তৌখি । মখোয়শিংদু অয়াম্বা লাই য়েকপা হায়রিবা শিনফম অসিদা খোংদাদুনা প্রোফেস্নেল ওইনা হিংজখিবা লোইনা ঙমখি মসিমক ওঝা গুরুনা চানবিখিবগী মহয়নি ।

মণিপুরনা ভারত্তা হেক তিনখিবা মতুং, ঐগী য়াম্লুং থবক য়াম্না চিনখী, য়েক খোৎপগী থবক কয়া সরকারগী খেন্ন খেনবা লোইশংনা য়াম্লুংদা শিন্নখি। মতমদুদা সরকারগী চপ চাবা থবক হাপগী নিয়ম লৈরমদে মরমদুনা সরকারগী লোইশং কয়াদা য়েক খোৎপগী আর্টিসকী ফম দরকার লাকপদা য়াম্লুংদা হেক্তা হায়রকই অমসুং য়াম্লুংগী ছাত্রনি হায়রবদি সরকারনসু হেক্তা পেনবী, থোয়দোক্লা ফোর্মেল সার্টিফিকেট, দিগ্রী, দিপ্লোমাগী দরকার ওইরমদে, য়াম্লুংগী লেটর হেড অমদা শ্রী........ হোংবা চাউবা অসি.... ... ঐগী ছাত্রনি হায়খ্রগা, মনিংদা য়াম্লুংগী শোয়দু তৌদুনা সীল অমতনি ফুজিনবা । মতমদুদা সরকারগী থবক চংবা ফংহৌদ্রবসু মরননাই মশাগী ষ্টুডিও হাংদোক্লুনা হিংবা ঙম্নবা ঙাক্তনি ।

খৃঃ ১৯৫৯ দা ঐখোয় পুন্না লৈমিনরম্লবসু কৈশামথোং মথক্তা হোংদোক্তুনা লৈখ্রবদা, য়াম্লুংগী একতিবিটিজ কয়া খংহেন হেনগৎলক্তুনা পাক শননা মীয়াম্না পান্বা কলাকার অমা চপ্ চানা ওইরকখি । অঙনবা মতমদা শেন্দাল লম্বীদা হিংনবগী শিনফম ওইনা হৌরল্লবসু, পুন্সিগী অকোন্বা তাংকক্তদি মণিপুরবু মপান লৈবাক্তা শক তাকপা ঙমগদবা অমদি ঐখোয়গী লৈজরিবা ইনাক খুল্লবা চৎন-লোনচৎ তাকপা ইনাৎকী ওইবা শক্তম তাকপা লাই কয়া য়েক্ল য়েক্ল ঐখোয়গী ইরক্তগী কায়নখি । মহাক কায়নবদা লৈবাক্কী অৱাবা ওইখি । মহাক মশানা তৌজনিংবা খরদি পাংথোকপা ঙমলম্লবসু খরদি পাংথোকপা ঙমলমখিদ্রে অদুবু ঙসিদি মহাক্না লিংখৎপীরম্বা **আর কে সি এস আর্ট গেলরী** মণিপুরগী মরুওইবা মফম অমা ওইরে , ভারত সরকারনা শক খঙবিরে, জাতিসিগী পুকৈ ওইরে, গেল্লরীসিবু নিংথিজনা ঙাক শেন্নবা **আর কে সি এস ম্যুজিয়ম ওফ আর্টস এণ্ড ক্রাফট** কী মেম্বরশিংনা মতম পুম্নমক্তা য়েংশিল্লী ।

আর কে সি এস অইবা কবি অমা ওইখিদে, ইবগী মতমসু ফংখিদে, অদুবু মহাক্কী মখুৎনা, খুৎতা কলম পাইদুনা মহাক্কী থম্মোয়নুংদগী থোরকপা ৱাহৈশিংদা য়াওরিবা নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন, মহাক্না করি পামজরম্বা মণিপুরগী আর্টিষ্টশিংবু করম্বা ষ্টেটসতা থাঙ্গৎপা পামজরম্বা, লাইয়েকপা হায়বা অসিনা হিংনবগী শিনফম ওনথোরকপদা করি করি গুণ চংবা অসিনচিংবা পাওতাক য়াওবা আর্টিকল খরবু লেংশিন্দুনা ফোংজবা লাইরিক্লি খনবিরগা নৈনবা য়াই। আর্টিকল অয়াম্বা হান্না ফোংখ্রবা ঙাক্তনি ।

হৌরক্লিবা নহারোল লাইয়েকপশিংদা য়াম্না কন্না হোৎনহনীংবা মীথোই মীহেনবা, পুকচেল শেংবা অমসুং মপুং ফাবা চিত্রকার অমমম ওইহন্নীংবগী অপাম্বা ফোংদোকপা ৱারেংসু য়াওরি । মণিপুরগী মশাগী ওইবা কলাদা মপুং ইফা ফারমদববু চিত্রকার অসিনা নুংঙাইজদবা ফোংদোকপা কয়া নৈনবা য়াই।

ভারতকী অৱাং নোংপোক থংবা লমদমগী কলাকারশিংগী প্রোসপেক্টস অমসুং প্রোব্লেমশিং হায়বা ৱারেংদা “ চিত্রকার আর কে সি এসনা অসুম্না ফোংদোক্লি কলাকার খুদিংমক্কী সমস্যা লোইনা লৈরমগনি । অদুবু প্রোব্লেমশিংদু মী খুদিংগী মান্নফম থোক্তে । মসিগী অর্থ নৈনবা য়াই । অপিকপা লাইরিক অসি অপিকপা ওইরগসু অচৌবা পাউতাক পীবা ঙম্বা কয়া য়াওরি হায়না খঞ্জে । হন্দক্কী অসিনা **আর কে সি এস ম্যুজিয়ম ওফ আর্টস এণ্ড ক্রাফটস** কী অনীশুবা খুদোলনি, অথুবা মতমদা মথংগী পব্লিকেসন অমা অমুক পুথোকপা ঙমহনবিয়ু হায়না মীয়ামদগী মঙ্গল নীজরি।

তাং ঃ ২০-৯-২০০৬ ইং

**আরঃ কেঃ গোপালসনা সিংহ**
চিয়ারমেন , আর কে সি এস ম্যুজিয়ম
ওফ আর্টস এণ্ড ক্রাফটস, ইম্ফাল ।

# “খোমজিঞ্জবগী ৱারোল”

মণিপুরগী লাইয়েকপগী লমদা শিঙথানিঙাই ওইবা দান কয়া পিবীরম্লবা লৈবাক মীয়াম্না আর কে সি এস হায়না খঙনরম্বা রাজকুমার ৺চন্দ্রজিৎসনা সিংহ (১৯২৪-২০০৪) ঐগীদি অপোকপনি, আদি গুরুনি, শিক্ষ্য গুরুনি, দিক্ষ্য গুরুনি। গুরুদেবনা ঐঙোন্দা হায়বিরম্মী *‘লাইয়েকপা হায়বা বিয় অসিনা শিনফম ওইনা চংগে হায়রদি, মসিদী হৈবা লোয়বা নায়বা নত্তে, পাম্মুং অমা য়োনবা হোৎবদা, ৱাখলদদি য়োরবোই নিংলুনি অদুবু শোক্লমদাইদা হেক্তা লাপথোকখিনী” সিমসু হায়বিরম্মী- “থবক অমা তৌবদা নাপল খক য়াওগনু নাপল য়াওরক্লবা মীদুদি মাগী মতম লোয়রক্লবনি”।* অমুকসু, ঐখোয়বু খুৎ-পাইদুনা তম্বীবদা গুরুদেবনদি পেঞ্জদ্রবা, ঐখোয়নদি হৈজদ্রীবা মতাংদুদা তোয়না চৈবদা য়াওবা পাউরৌ অমনা *‘জ্ঞল পাত্র অমদা শনাবুল অমগী ঈশিং হৈজিন্নদা থনবা ঙমদে”* হায়বদি জ্ঞ্যাণ তাগন্দবা মীদা জ্ঞ্যাণ তানবনি হায়দুনা পুকতাক্তা তাক্শনবা পুঙাংদা ঙাংশিনবদুবুনি, লৌশনবা ঙমজদ্রবা মীদুদি মকোক্তা খক্ চংবা ঙমদে। প্রোভাব অসি ময়াম্না খঙনরিবা থন্দবা চফুনা মখোল হৌই হায়বদুগা খরা মান্নে। অসুম্না মমল য়াম্লবা প্রমাণ পানথৈ পাউরৌ, পাউতাক য়াম্না শিজন্নগল্লী ককাদো * ।

কনাগুম্বা খঙন- চন্নবা ককাগী মরুপ- মপাংনা মচা- মশুবু মীওইনবা শেম্বীয়ু হায়দুনা ককাগী মফমদা পুরক্লবদা, ওইগদ্রা ওইরোইদ্রা হায়না হান্ননা মীওং-মতৌ, ৱাঙাং শঙাং, ব্যেবহারনচিংবদগী য়েংথোকই । করিগুম্বা শেম্বদা থোক্কদবা ওইরবদি মখোয়বু মী অমমম ওইহনখিবা ঙাক্তনি । মমল লৌদুনা তম্বীখিবা নত্তে। অসুম্না লাইয়েকপা হায়রিবা শিনফম অসিদা মখল কয়াগী এক্সপিরিয়েন্স ফংলবা ঐখোয়গী গুরদেবনা হৌরক্লীবা তুংগী লাইয়েকপা নহারোলশিংদা লাইয়েকপবু করম্না শিনফম ওইনা চংবা য়াগদগে

অমসুং হায়রিবা কলা মখল অসিনা সমাজদা করি করি তৌবা য়াবগে অমসুং করম্না প্রজা মীয়ামগা চৎমিন্নবা ঙমগনি  হায়বা ৱাখললোন্দা ফোংদোকপা আর্টিকল খরা য়াওরি । লাইরিক অসিদা য়াওরিবা আর্টিকলশিংশি চহি কয়াগী মমাংদা ফোঙদোকখ্রবা ওইবনা মতম মতমদুগী ওইবা সমস্যাদা য়ুম্ফম ওইবসু য়াওদবা নত্তে । অদুবু মপুং ওইনা লাইরিক অসি ফোঙনিংলুবগী মরমদি খুৎত্তা তুরিদমক পাইদুনা পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক্তা লেনখিবা গুরুদেবনা খুৎত্তা কলম পাইদুনা থম্মোয়নুংদগী থোরকপা ইচম চম্বা লৈশি লৈথোন হৈজদবা, ৱাহৈ ৱাতা কয়াবু অনৌবা সাহিত্যগী মথেল অমগুম থৌনা ফনা ফোংদোকলম্বশিংদুবু নৌহৌননা মীয়ামদা অমুক হন্না খঙহঞ্জদুনা, গুরুদেবনা পামজরম্বা ৱাখলোন্দুদগী করিগুম্বা খরদংদি নৈনবা য়াগদ্রা খঞ্জদুনা পুথোকচবা লাইরিকনি । **"আর কে সি এস মহাক্না ইরম্বা ৱারেংশিং"** আর কে সি এসতী খুৎত্তা কলম পাইদুনা সাহিত্যগী লৈচল শেম্বদা ফাওখিবা নত্তে, মহাক্তী খুৎত্তা তুরি পাইদুনা মচুগী লৈকোন্দা অপাম্বা মচুবু মনিং-তম্না লুপতুনা শান্নজখিবা  খক্তনি । গুরুদেবনা লোৎতুনা থম্বীরম্বা, মহাক্কী তাবুনুংগী মণিনি লৌজদুনা, ঐখোয়না থেংনজবা ৱারেং খরা খোমজিন্দুনা ইচম চম্না ফোঙদোক্লীংলুবগী ৱাদনি । লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাং পিবীরকপা পুম্নমকপু কোক নোঞ্জদুনা ইকায় খুম্নবা উৎচরি।

লাইরিক অসিদা বনানগী,খোম্থোক্কী মতাংদা অরিবা-অনৌবা, তোঙান- তোঙান্না শিজিন্নবা, অপাবশিংনা খুৎলোইদবা ওইবা য়াই মদুগীদমক্তা ঙাকপপিগনি ।

তাং ২৫ /৯ /২০০৬ ইং,

বুধিমন্ত কর্ত্তা

* ককা  = ঐখোয়গী অপোকপগী মফমদা কৌজবা মিংগৌনি ।

## য়াওফম তাকপা ঃ



· 00 ·

# মণিপুরগী থাইনগী লৈরম্বা কলা অমসুং হৌজিক্কী চৎনরক্লিবা মশক

রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা
(আর কে সি এস)

মণিপুরগী থাইনগী লৈরম্বা কলাগী মরমদা হংবা তারবদি খুম্বদা য়াম্না লুনা থোকই, মরমদি চহি ৩০০ লোমগী মমাংগী থিবদা খরা চমম্নবা ১ দি লৈ, ময়েক লানা প্রমাণ পীদুনা উৎনবা অরিবা কলানি হায়নবা পোৎ অয়েকপা ১দি অশাবা ইরৈ লৈরম্মুবদৌনা তৌই। পণ্ডিত খরনা পুথোরকপা পুরাণ লাইরিক্তা দ্রোইংগুম্বা খরা, নুংনা শাবা পোৎচৈ খরা, লাইরিক ময়েক, শেন ময়েক কুম্বা মপুংফানা কলাগী থবকনি হায়বদা লুবা অমদি ইংশোক চপ চানা হায়বদসু লুরবা খরা মখৈদি লৈরম্লবসু মদুমক্না মপুং ফাবা কলাগী শরুক্লি হায়বদা য়ানিংদবা খরদি লৈরম্মী।

য়েকপা ওইনা ফি- রোলদা ফনেক মপান, নিংখম শমজিননচিংবগী মপান্দা থোক্লিবা অসি খরা মখৈদি লিরবনি থাজরবসু খরা অনৌবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা থোল্লম্বা ফুরিত্তা "ঙা ময়েক" থোকপা, অয়েকপদা থাইনগী পাখংবা পাফলশিং অসিসু কলাগী শরুক্লি হায়নিংলবসু কলানি হায়না উৎপদা মপুঙ ইফা ফাদে হায়নীংই।



আরকেসিএসনা Manipur State Museum দা Donate তৌবিবম্বা, রাজর্ষী ভাগ্যচন্দ্রনা থোল্লম্বা ঙা ময়েক থোকপা ফুরিৎ।

নিংথৌশিংগী অমসুং অঙম অথৌশিংগী সৌগৎপীবা ৱাৎপনরা নত্রগা, ঐগী থাজ্জবদি, প্রজাগী ষ্টেন্দরদা ৱাৎপা, কলাবু খঙদবা অমদি নিংথৌশিংনা ইংনা মরা তানা পানবা ঙম্নক্তবনা কোনুংনচিংবা নীংথিজনা শাবা ঙম্লমদে, অয়াম্বনা কাচাগী য়ুম- কৈ ওইবনা অমদি পাকাগী ফুরা দলান্নচিংবা শাবা হৈরমদবনা মরম ওইদুনা কলাগী থবক অসি পঙকন কন্দবনা মসিগী ইহৌ অসি দেশ অতৈদগী য়াম্না শোত্থহৌই হায়জনীংই। মণিপুরদা জাৎ তিন্নদবা ত্রাইব কয়া অমদি য়ুম্লোন্নবা লৈবাক্তগী শা- লান তোইনা হৌরকপনা মরম ওইদুনা লৈবাক্কী শেমগৎ শাগৎপদা পুক্লিং চঙবা ঙম্লমদবনা ওইরম্বা য়াই খনজৈ ।

অদুবু চহি ৩০০ লোমগী মনুংদদি শোইদনা কলাগী থবক অসি খরদি, মপানগা, ধর্ম্মদা মরী লৈনরকপদগী চঙকফম থোকই । হান্নদি লৈরমদবদৌনা উই ।

অমত্তংগা অরীবদা ইঙৌরোক মহাদেব হায়না খঙনবা নুংগী মুর্ত্তি অচৌবা অমা লৈমখোংগী মনিংলোমদা লৈ হায়নবা অদু লৈখিদ্রবা পণ্ডিত অচৌবা মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহনা মদু "বুদ্ধদেবগী" মুর্ত্তিনি হায়রমই, মদু তাঞ্জা ফংলবদি ময়াম্না অমুক্তং থিজিন্দুনা ফোটো নমদুনা য়েংলুবা কান্নগনি । মদুনা ওইবা তারবদি খরা লিরবা মতমগী অচৌবা স্কল্পচর অমা লৈরম্বগী রেকোর্ড চাওনা থম্বা য়াগনি । চহি লিশিং অমগী মমাঙগী ওইফম থোকই । কনানা শারম্বা, নোংচুপকী ময়াংনা শারম্বরা নত্রগা নোংপোক্কী মীনা শারম্বরা নত্রগা লোকেল আর্টিষ্টকী ওইফম থোকপরা খন্ননিঙাইনি।

ইং ১৭০০- ১৮০০ রোমগী মনুংদা ময়াম্না খঙনরিবা রামানদি ধর্ম্ম চঙলকপগা লোয়ননা (সান্তিদাশকী মতমদগী) হানুমান, গরুর অমদি শ্রীশ্রীরামজী প্রভুনচিংবা খরদি শারমলে । মসিমকনা অয়ৌবা কলাগী শক্তম্মক্তি ওইরমদে, অপৌবা মূর্ত্তি ঙাক্তনি । মমৈদা মহারাজ রাজর্ষী ভাগ্যচন্দ্রনা হিন্দুগী বৈষ্ণববিজম পুরক্লবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মূর্ত্তি লিঙখৎলম্বা অসিনা মৈতৈ কলাকারগী অচৌবা ইতিহাসকা মরী লৈনবা খুদম ওমনি ।

য়াম্না সাইন্তিফিক ফোর্মদা মুর্ত্তি অসি শারমই । শারম্বা কলাকারদি - ছাপা লক্ষন সিংহনা থৈবোংন শারম্বনি । মসিমক্তি মণিপুরগী ইতিহাসতা ধর্ম্মগীদা ওইবা নত্তনা কলাগী অচৌবা শরুক অমনি । মসিদ নত্তনা উ পাম্বী অদুনা মুর্ত্তি ৭-৮ লোম শারম্বনি। মখোয় অদুদি ১। শ্রীশ্রীগোবিন্দ, ২। বিজয় গোবিন্দ, ৩। নিংথৌখোং গোপিনাথ, ৪। মদনমোহন, ৫। অরাম্বম নিত্যাইনন্দ, ৬। নবদ্বিপকী অনুপ্রভুনচিংবা অসিনি । মথং মথং ওইনা গোবিন্দগী রাশেশ্বরী অমসুং অতৈ অঙম অথৌশিংগী কয়া শানরকলে । মসি মৈতৈ কলাকারশিংনা শাবনি, উনা শাবদা হৈশিংবদৌনা নুংগী কলাদদি খরা ৱাংলমই - অদুবু অপৌবা হানুমান, গরুর, গনেশনচিংবা খরদি লৈরমই । মথং মথং ওইনা ধাতুগী রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি খরদি নোংচুপ্তগী পুশিল্লকপা হৌরকপগা লোয়ননা মমৈথংদা মদুগী নোমুনা লৌরগা খোইরুনা মীতল্লগা লৈবাক্লা ফর্মা লৌদুনা পিথ্রাইনা হৈদুনা শাবা মণিপুরদা হৌরকখি। অহানবা হৈবদা ফাইন ওইবা ঙমলমদ্রবসু কোন্না খুৎলাইনা অমুক নান্নবা হোৎনদুনা লংহল্লি । খরা কোন্নদি পিথ্রাই অমসুং উগী মুর্ত্তি কয়া শানরকখি, লাই ওইনা য়েকপসু খরা খরা হৌনরকখি । মরুওইনা অরিবা অয়েকপা ওইনদি ১৮৬৫ ইং দা রাজকুমার গৌর সিংহনা (১৮২৮-১৯২২) য়েক্লম্বা খুৎলৌ (সুবিকা) লাইরিক্তা ৫"x ৫" রোমগী অয়েকপা লায় ৪৫ রোম লৈ । মসি দ্রোইংগী মওংদা য়েক্লগা কোন্না মনুংদা মখল মথেলগী মচু তৈশিনবা রাজপুত পেন্তিংদৌনা উই । রামায়নগী শক্তম্না মরু ওইবনি, মসিগুম্বা দ্রোইং অসি অতৈ পুরান্দা য়াওরম্বসু থেংনৈ ।


আরকেসিএসনা য়েকলম্বা
রাজকুমার গৌর সিংহগী পোট্রেৎ
(১৮২৮-১৯২২)

সার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা বৃটিশকা মরী লৈনরক্লবদসু - পুং ঈশৈ, নট সংকীর্ত্তণ অমদি জগোই রাসনচিংবা কলচরগী ওইবা কলাদা য়াম্না চঙখোন্না মপুঙ ফাহন্নবা হোৎনবিদুনা য়োকখৎপীরম্বদৌনা য়েকপা

শাবগী কলাদদি হোৎনবিরমদে হায়নিংই । তোইগুম্বসুং আর্কিটেক্চরনা কলাগী শরুক অমা ওইনা লৌবা তারবদি শ্রীগৌবিন্দগী ফুরা দলাল লাইশঙ অমদি মান্দোপকী শরুক্তা জগমোনগী চাউরবা শরুক হৌজিক ফাওবা লৈরিবা অসিবুদি কলাগী শরুক অমা ওইফম থোকপ্রা খল্লি। (কংলাগী) য়াম্না লুবা অমনা মণিপুরতগী ওইবা পরম্পরা (ট্রেডিসনেল) গী য়েকপা অমসুং শাবগী আর্টস লৈরম্বরা হংবা তারবদি খুম্বদা লুনা থোক্কনি, মণিপুরদগী ওইবা ষ্টাইল ট্রেডিসন অমা লৈরমদে হায়নীংই ।

হংবা য়াবদি মণিপুরদা লাই য়েকপা অমসুং শাবা অসি কয়া কুইরবগে? অসিনি। মরমদি ভারতকী ইন্দিয়ান আর্টস, চিনা, জাপানগী তোখাইবা মখোয়গী ওইবা ওরিয়েন্তেল আর্ট হায়নসু খঙনবা মখল অসিগুম্বা লম- লমগী ওইবা ট্রেডিস্নেল আর্ট লৈবগুম্না মণিপুরগীদি লৈরমদে হায়নীংই।

প্রমাণ ওইনা পীবা তারবদি ঐখোয়না হৌজিক খঙবা ঙল্লিবা উরিবা পুম্নমক অসি অয়াম্বনা হিন্দু ধর্ম্ম লাক্লবা মতুংগীনা অয়াম্বনী । লোয়ননা কলাগী থবক অসি খংচাও চাওখৎলকপগী খুদম ওইনা তৌই, অতেনবা মতম অসিদা মরুওইনা লাই শাবগী থবক্তগী হৌনরকখি - য়েকপনা য়াম্না কোল্লী । লাই হায়বদি লাৎননবা লাই শাবা অমদি লাই ওইনা য়েকপদগী অহানবা হৌনরকপনা লাই শাবগী থবকপু লাই শাবা, লাই য়েকপগী থবকপুনা লাই য়েকপা হায়না কৌনদুনা (Painting and Sculpture) বু হৌজিক মী, সিনরী য়েক্লবা ফাওবদা লাই য়েকপা হায়নরী । ‘ য়েকপ’ হায়বা শিনফম্‌ত গী ওইবা ব্রাহে অসি হায়নদে।

মসিমক্তি নোংচুপকা প্রমান অমা তৌজগে - গ্রিগ, রোমগী অরিবদা (A.D.) বাইবলগা মরী লৈনবা লাই অমদি যীসু অমদি মমা মেরিবু নিংথৌশিংনা শাবা অমদি য়েকপবু তৌনরমই । Jesus Christ অমসুং মমা মেরিবু Madona and her Child হায়না মমিং থোন্দুনা য়েক্লরমই, মরি লৈনবা বাইবলগী লাইতবু য়েকপনা নিংথৌশিংগী অপাম্বা ওইরম্মী । অদুবু গ্রিকতদি চহি লিশিং ৩ বিঃসিঃ দা শারম্বা ব্রোঞ্জ মুর্ত্তি অমদি ষ্টেচু কয়া চাওর- চাওরবা চীং মান্দা কয়া লৈরম্মী । ইজিপ্তা বিঃসিঃ চহি লিশিং অহুম

মরিগী মমাংগী কয়া অমা লৈরম্মী চাওরবা মুর্ত্তি কয়া মসিগুম্বা অরিবা অসি মতম অদুগী ফেরোজশিংগী তৌবা ঙম্বা উৎপা অমদি পিরামীদশিংদা নিংথৌরেন ফেরোজশিংগী খুদম কয়া অমসু লৈরি, গ্রিগকী এথেনগী সমুদ্রদগী ফংবা ব্রোঞ্জগী মুর্ত্তিনচিংবা অরিবা বিঃসিঃগী কলা ওইবা পোৎ লৈনরম্মী। অসি পুম্বা চাওখৎপা জাতি ওইরম্বনা ইতিহাসকী মরি লৈনবা অমদি স্কোলারশিংগী নৈননিঙাই ওইবা ঙাক্তনি।

থাইনগী ওইবা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্ত্রিঙৈগী লাই অয়েকপা, অশাবা লৈরম্বা হংবা য়াবা ৱাহংনি - মৈতৈ ধর্ম্ম "সনামহী" কৌবা লাই অমা চৎনরম্মী থাজনরি অদুবু "সনামহি" কৌবা মৈতৈগী লাই অসিবু করম্বা ময়াম্না য়ানরবা রুপ অমা অরেপ্পা মূর্ত্তি অমা অহল ওইনা, নত্রগা নহা ওইনা অমদি মকোই চোমগদ্রা চোল্লোইদ্র হায়বনচিংবা খঙনীংবা পোকই। হৌজিকমক অশাবা মূর্ত্তি অমা মণিপুর রাইফল্‌দা সনামহিগী লাইশঙ ফুরাদা লাৎলীবা অসিদি কুইদ্রিবা কার্ত্তা মহারাজনা পাল্লবা কান্দা শাবনী হায়নৈ। মসি খন্ননিঙাই ওইবা ৱাফম অমা- নত্রা ?


বুধিমন্তনা য়েকপা
রাজকুমার য়ুমজাওসনা সিংহগী
পোর্ট্রেৎ (১৮৭০-১৯৫৪)

রাজকুমার য়ুমজাওসনা সিংহ, (১৮৭০-১৯৫৪) ওঝা অসি অচৌবা গ্রেট মাষ্টর অমনি হায়নিংই, মরমদি য়েকপদা নত্তে - য়েকপদা "as a Painter" শাবদা as a Sculptor - উগী "as a Craftsman and as a Carpenter" সঙ্গিত কলাদা ঈশৈ শক্লম্মী ওঝা ওইনসু লৈরম্মী পুং য়েবা হৈরম্মী। নট সংকীর্ত্তণ কন্না অহল ওইরক্লবদা তৌরম্মী মদুগী খুদম লাইরিক কোর্বৈক কয়া

হৌজিক ফাওবা পৈদুনা লৈরী হংবা য়াবা মীশক্তি। ১। অজ্ঞা অভিরাম শর্ম্ম, নেসনেল এৱার্ড ফংলবা। ২শুবা। ৱাংখৈগী গুরুময়ুম ইবোতোন শর্ম্ম সাহিত্য পরিষদকী সঙ্গিত রত্ন ফংলবা লৈবাক্কী ওঝা অনি লৈরি, ঈশৈগী অথরিতি পায়বা মীনি, উ শুবগী অমদি লাই শাবগী ওইনদি হৌজিক ফাওবা

খঙহৌবা মী য়াম্না লৈরী (সনসম গৌরহরি সিংহ) ওঝা অসিনা শাবা লাই উগী রাধা কৃষ্ণ, ধাতুগী পিথ্রাইগী মূর্ত্তি কয়া লাইনুংদা লাত্তুনা লৈরি। পরুম্বা শেবক কয়া লৈহৌরি - য়েকপদা হৌজিক ফাওবা ষ্টুডিও চাওনা তৌবসু য়াওনরী । অয়েকপা লাই কয়া লৈরি ওঝা অসিগী ওরিজিনেল ওইবা খরদি জিলা দরবার, খম্বা থোইবী, আনন্ত সজ্যা অসিনি, নম্বোল সাবল লৈকাইগী মাঙোপ অমদা অয়েকপা লাই য়াম্না লৈরি । হিন্দুগী রিয়েলিজমগী লাই ঙাক্তনি। য়ুমজাওসনা অসি Perspective শিজিন্নবা হৌরম্লে, প্রমাণ লৈজে।

শিংথানবা য়াবা খরনা - রাজকুমার অসি সমাজনা প্রজানা য়াম্না য়াবা লৈবাক শিন্থুংনা পাকনা য়ানদুনা য়েকলম্বনি, ইম্ফালদতা নত্তনা মোইরাং, থাঙ্গ, কুম্বী, নম্বোলনচিংবা মফমদা য়াম্না লৈরম্মী । বৃটিশনা কন্না পনখৎলক্লবদা আর্টস এণ্ড ক্রাফটসকী ওফিস লিংলে, লণ্ডন্দা লোন্নবা ফি দা, মণিপুরী ট্রেডিস্নেলগী ওইবা লাই মচুদা কয়া, য়েক্তুনা জেল্লি মেম হায়না খঙনবদুদা য়াম্না থাখী। চুরাচান্দ মহারাজনা কন্না মপান ফনা পাল্লক্লবদা ভারতকী বরলাট সাহেব হায়না খঙনবা (ভাইশরোই) মণিপুরদা লেংবিরকখি, মদুদা হৌজিক জোনষ্টোন স্কুল ওইরিবা মফম অসিদা অচৌবা ফেস্তিভেল অমা তৌখি । চাওরবা শঙ খন্দুনা ট্রেডিস্নেল ডান্স কয়া তৌদুনা কুম্মে তৌখি শঙজাও অদুগী ময়াই অকোইবদা মাঙোপকী লাই, মণিপুরী কলচরেল, খেন্ন খেন্নরবা ট্রেডিস্নেল কসত্যুম কয়া য়েক্তুনা লৈতেংখি মদুদা রাজকুমার য়ুমজাওসনা না য়েকখি, ওঝা অসিনা কন্না ফাওগৎলকপা, নহাগী মতম ওইবগী হৈশিংবা অদু উবদা পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেব মশামক থোক্লক্তুনা য়েংই হরাওনা অপাম্বগী মত পীদুনা য়েকখি হায়বিরম্মী। চীং- তম অনিমক্কী মশক্তা য়েকখি ।

অনৌবা নোংচুপকী ইংলিস এডুকেসন ফংনরক্লবদা নোংচুপকী খুৎয়েক, ওইল কলর, ৱাটর কলর চেদা য়েকপা, ড্রাই কলর (Gouache) ফিদা য়েকপা মপানগী নোংচুপকী, আউট লুক লৈনরকপগা লোয়ননা অনৌবা মোর্ডন টেকনিক কয়া চঙলুক্তুনা হান্নগী লৈরম্বা খুয়েক্তগী খঙহোং হোংবা অমা ক্রিয়েট তৌরক্লে, পৃথিবীগী নৈনরিবা ইউরোপীয়ানশিংগী

অর্টস, ষ্টাইলনচিংবা চঙলক্তুনা, তম্নরক্তুনা ফাইন পেন্টিং অমসুং রিয়েলিষ্টিকী মাইকৈদা কন্না চঙশিন্নরক্লে ।

অচৌবা ৱাংহৌবা খরনা - ওঝা ভদ্রসিংহগী পরুৱা অমা ফাওরম্মী, মংসিদবম কলাচান্দ সিংহ কৌই, মহাক হিন্দুগী থিম কয়াদ লাই য়েক্লম্মী, রবি বর্মাগী নোমুনা খরদি লৌই । ফাইন ওইনা য়েকই মতম অসিদ কন্টেমপররি ওইনা য়ুমজাও সনাগী পরুৱা শ্রীলৌরেম্বম কামদেব সিংহ অসিনি, কামদেব মতম অদুদা প্রজা মীয়াম্না কালাচান্দঁ অমসুং মখোয় অনি অসি চাংদমনৈ, ঐখোয়না ইশামক্লা উজহৌবদা খরা মোর্ডন ওইবসি কামদেবনা হেল্লী, নোংচুপকী লাইত এগু সেড য়াম্না শিজিন্নবা হৌরম্লে, প্রমাণ ওইনা হৌজিক লাই ৫-৬ তী মীগী মাঙ্গোলদা থেৎতুনা লৈরি, টেকনিকেল স্কিল য়াম্না লৈবা মীনি, য়েকপদা নত্তনা শাবা, উ শুবা, য়াম্না হৈশিংলম্বা নিপানি, বাবু পারা, অমদি মণিপুর দ্রামাটিক ইউনিয়নগী অমসুং রুপমহলগী হৌগৎলকপদা সিন্নচিংবা য়েক্লম্মী ।

১৯৪০ গী মতুংদা মপান্দা তমলুরবা মী অনিখক লৈরে- ১বা সনখ্যা পিৃয়বর্ত্ত সিংহ অমসুং ২শুবদা হাওবম শ্যামশুন্দর অনিসিনি। ৱাটর কলর ৱাছ, অমসুং ওইল কলরনচিংবদা য়েকপা হৌরকখিবা মণিপুরগী অহানবা কলাকারনি। সনখ্যা পিঃ বিঃ অসি ওইল য়েকপনা খরা নুঙাইজবগুম তৌই, শ্যামশুন্দর সিংহ অহানবদা ৱাটর কলরদা কন্না য়েক্লম্মী, য়াম্না ফজনা য়েকপসু উজখ্রে, মরক্তা দ্রোইং, ইঙ্ককী স্কেটস তৌরম্মী মমৈথংদা ওইল কলরদা তারকখি। কলাকার অনি অসি প্রোফেস্নেল ওইনা তৌরমদবনা লাইগী মশিং য়াম্না য়েক্লমদে চুম্নতা হোবী ওইনা তৌরম্বনি । মমৈথংদা কন্টেমপররি কয়া অমসু থোরক্লে। মতাং অসিদি ঐ ইশামক য়াওরকপা তারকপনা ময়াম খরদি পঞ্জররোই, অদুবু খঙজিন্বা য়াবদি কন্না কলাগী থবক চাওখৎলকপদি মমৈথংগী অসিদা লৈখ্রে, অদুবু অচৌবা চেপটর অসিমদি পঞ্জররোই ।

ষ্টেট কলা একাদেমী লিংখৎলকপা মতুংদগীদি মোর্দন আর্টস হায়না খঙনবা এবষ্ট্রেক্ট আর্ট মখল অসি কন্না পুশিলনরক্তুনা আর্টকী ইহৌ অসিদা

অকনবা লান অমা এবষ্ট্রেক্ট আর্ট VS রিয়েল্লিষ্টিক মখল অনি অসিদা ইরাং অমা কলাকারশিংগী মরক্তা লান শোক্লরক্লি। মতাং অসিদা ঐগী মোত্তা প্রজা অমা ওইনা হায়জবা তারবদি পলেপফম লৈত্রবা আর্ট মুবমেন্ট অসিদা করম্বা মখলনা কুইনা হিংদুনা লৈহৌগদগে, প্রজা মীয়াম্মা, অমদি সোসাইটিনা পাম্বা, য়াবনা করম্বা মখলনো,খাইদোক্লিংই। নত্রবদি মতম অসিদা ঈশিংগা থাউগা তিন্নবগুম তিনশিনবা ইয়া য়াদবা মখলশিংগী কলা ওইনা প্রজা মীয়াম্মা উন্নরক্লে, অদুগা করম্বা মখলনা প্রজা মীয়ামগী চৎনবা য়াবা হায়রবদি সমাজদা শিজিন্নবা য়াবা ওইগদগে করম্বনা সমাজগী কান্নবা পুরক্কদগে ? মোর্ডন আর্টস (এবষ্ট্রেক্ট, কিউবিজম, ইম্প্রেসনিজম অসিনচিংবা) হায়রিবা অনৌবা মখল অসিনা অনৌবা মতমগী এক্সপ্রিমেন্তেল ওইনা ফিলোসোফিকেল্লী কম্পোজ তৌবা অমসুং থিম ওইবা কয়া অমা থম্বা । মসিগীসু অৱাংবা থাক্কী ফজবা অমা অদুম লৈজরবনি। পাক্না ইন্তরনেসনেলিজম অমা ওইনা অচৌবা কা (রুম) অমা কল্লক্লবনি । লৈসনু করিসু কাইদে । তৌবদবু মখল অনি অসি কেটাগোরী খায়দুনা ষ্টেট কলা একাদেমী অমদি ললিত কলা একাদেমীনা থম্বীবা অচুম্বা ওইরক্কনি খঞ্জে । মখল অনি অসি পুন্না উৎমিন্নবা তারবদি ঈশিংগা থাওগা তিন্নবগুম অয়েংবা, অউবা মীশিংদা য়াম্মা ব্রেন্দা পজল তৌহনবত নত্তনা কলাকারশিংদসু নুঙাইতবা অমদি পোক্তবা নত্তে । মতমগী ক্রিটিক্স অমদি এপ্রিসিয়েটর অমসুং কমেনতেটর খরতনা য়ানবা য়েক্কদ্র ? সমাজদা দরকার ওইবা অমদি কান্নগদবা য়েকদ্রা করম্বনা অচুম্বা ওইগদৌরিবনো ? মীটর অমদি উজোন অমদা হেক্তা ওনবা য়াবা থবকসু নত্তে, অদুনা কেটাগোরী খায়ফম থোকই, নত্রগা ষ্টেট কলানা এক্সিবিসনগী লাই কৌবা কান্দ মোর্ডন আর্টতদা ওইগদবনি হায়না অকক্লবা অমা পীগদ্রা ! আর্টকী অখঙ অহৈশিং অমদি আর্টকী অথরিতীশিংগা খন্নবিবা য়াবা মতম ওইরে।

ওঝা য়ুমজাওসনা খুল্লক্কী অমদি প্রজাদগী লাই য়েকপা কলাকার অমা ওইবদ নত্তে, কোনুংগী সার চুরাচান্দ মহারাজগী মহারানী ঙাংবীগীদি ওঝা য়ুমজাওসনানা য়েকই, লাইদি খম্বা থোইবী অমদি জিলা দরবারনি হায়না

সনখ্যা পৃয়বর্তনা ঐখোয় ময়ামদা হায়বী, মহারাণীগী খ্বাইদগী পামজবা কলাকারনি হায়না অমরোমদা খৃঃ ১৯৬৮ দা ওঝা ভদ্র সিংহগী পোকপা চহিগী সেন্তেনরী সেলেব্রেসন অমা পাংথোকখীবদা পব্লিকেসন অমা ফোঙখি তাং ২৭-২৯ ফাওবা ডিসেম্বর ১৯৬৮ নি, "মণিপুরী চিত্রকলা" হায়বা পব্লিকেসননি মদুদা মোইরাংথেম ওঝা চন্দ্রশিং অসিনা ইবা আর্টিকল অমদা হায়রি ওঝা ভদ্র সিংহ অমসুং ওঝা রাজকুমার য়ুমজাওসনা মখোয় অনি অসি ফাওমিন্নবা অমদি ওঝা অনি অসি অপাম অপান্বনা থাগৎনৈ । অসুম্না বাইয়স লৈতনা চুম্না ইরকখি, অদুনদি হৌজিক ফাওবা লাই য়েকপগী মরমদা ইরকপা আর্টিকলদা বায়স য়াম্না লৈনা অমদি পোলিটিক্স য়াওনা ইনরিবা করিগীনো ? অসিনা তাকপদি খঙনা খঙনা ওঝা অমগী মীং মুথৎনিংলুরীবা করিগীনো লৈবাক্কী ওঝা ঙাক্তা নত্রা ? ওঝা চন্দ্রসিংগী অপোকপসু মোইরাং হিংচাবী হায়না খঙনরল্লিবা কোনুং পণ্ডিৎ অচৌবনি মথংদা ওঝা চন্দ্রসিংনা শিলহৌবনি মরম অদুনা কোনুংগী মরম অসি পণ্ডিৎ অসিনা হেন্না ময়ামদগী খঙফম থোকই । The Manipur Fine Artists Ass., Imphal কৌবা সংস্থান অমনা স্পোন্সর তৌখিবনি অদুবু মখা তানা চহি অদুদগী থবক তৌখিদ্রে মখোয়গী পোলিটিক্স, বায়স অদুনা থোক্লকপা ঙমখিদ্রে ।



*আর্টিকল অসি ডি কলচবেল ফোবম মণিপুবনা পুথোকপা "ঋতু" গী মশিং ৭৫ শুবা, ফেব্রুৱারি ১৯৮৫ তা ফোংখিবদগী লৌথোকচবনি ।*

# অবাং নোংপোক লমদমগী কলাকারশিংগী প্রোসপেক্টস অমসুং প্রোব্লেমশিং

আর কে সি এস

মরুওইনা কলাকারশিংগী প্রোব্লেমশিং অসি করি করিনা মরু ওইবনো খঙদোকপা চুমই, কলাকার খুদিংমক সমস্যা লোইনা লৈরমগনি, অদুবু প্রোব্লেমশিং অদু মী খুদিংগী মান্নফম থোক্তে। কনানা শেল মতিক চানা লৈতবা- ফংদবা, কনাগুম্বনা মতিক চানা ফোংদোক্তুনা য়েকপা হৈজদবা, য়োনফম লৈতবা, মীনসু লৈবিদবা, মীয়াম প্রজা মরক্তগী অমদি ভি,আই,পি, শিংদগীসু ওর্ডর ফংদবা, অসিনচিংবা মরম কয়া লৈরম্বা য়াই। মরমশিংসিগী মথক্তা অমুকসু সমাজগী মরক্তা লাইয়েকপগী শিনফম্না খ্বাইদগী শোত্থবা সমাজনা ব্যেবহার তৌবিদবা বিষয় ওইনা তৌবগী মরম, তৌইগুম্বসুং অতৈ কলা পুং ঈশৈ, বাশক, নট সঙ্কীর্তণ, জগোই, দ্রামা, শুমাংলিলানচিংবা কলা মখলশিং অসিনা লৌরিবা থৌদাংগা য়েংনরুবদা ওনথোক্লা শোৎথহৌরে হায়বদা লাল্লগদ্রা ?



অবাং নোংপোক ভারতকী ওইবা আর্ট কনফরেন্সকা মরী লৈননা পাংথোকখিবা আর্ট একজিবিসন এপ্রিল ১১,১৯৮৭ ইং (য়েংলোমদগী আরকেসিএস,এলাংবম নিলকান্ত,এমকে প্রিয়োবর্ত অমসুং টিএচ. তোম্বী)

করিগী অশুক খেন্নখ্রিবনো হংবা য়াবা ৱাফম নত্রা ? মরমশিং অসি মুন্না খন্ন- নৈনবা য়ারবনি খঙ্গে । তৌবতবু নৈনগদবা মওংদি পোলিটিক্স অমদি পোলিসী য়াওনা লাইরিক হৈবা, মরৈ হৈবা ফোংদোক্লদুনা আর্গুমেন্ট লোমদা চৎথনরবদি অচুম্বা পুথোকতুনা নহারোল কলাকারশিংগী তুংগী লম্বী শেম্বীবগী মহুত্তা শোয়দনা কলাকারশিংবু মাঙহনবগী অচৌবা মরম অমা ওইরকপা য়াবগী অকিবা নুংঙাইতবা লৈ । ঙাংবা হৈবা, মীবুসু থান্নদ্রবা, ঐতনা চুমলে খন্জবা, মশামক্তি মীয়ামদগী থোইদোক্লা মীথোই মীহেন ওইবসু ঙমদ্রবা, ওইদি ওইনিংবা মীসু য়াওদবা নত্তে । মরম অদুনা মোন শেংনা নৈনবা ফোংদোক্লবা দরকার ওইরবনি খঙ্গে ।

খ্বাইদগী চাওবা প্রোব্লেম খর ঐগী মোত ওইনা হায়জবা তারবদি, সমাজ মীয়ামগা তিন্নদুনা চৎমিন্নবা য়াবা কলাশিংবু করিসু লৈতনা খনবিদুনা ক্রিটিক্সশিং অমদি জজ্জশিংনা খত্তোক্তুনা, থৈদোক্তুনা থম্লবা হোৎনবদগী অসুম সমাজগী দরকার ওইবা, পাম্লবা মখলশিং অমদি রিয়েলিস্টিক, কলচরেল অমদি সোসিয়েল থিম পুম্নমক থাদোক্লরকপদগী প্রজা মীয়ামগা লাপথোক্লরকপদগী ফিভম অসি লাকপনি খঙ্গে ।

থাঙ্গৈশেংনমকসু হৌজিক মোর্ডন আর্ট, এবষ্ট্রেক্টনচিংবা মখল ঙাক্তনা একজিবিসন উৎনরি । উত্তবসু য়াদে, জজ্জশিংনা মোর্ডন আর্ট অসোমদা এৱার্ড তত্তনা পিবনিনা মায়কৈ অসোমদা অদুম চৎথরকপা তাবনি, খুৎ চংনা, স্কিল উত্তুনা রিয়েলিষ্টিকতা য়েকপা য়াওরকই অদুবু থাপ্না ইম্থোকতুনা থমখ্রে অমসুং য়েংবিদে খন্নবদা শুকয়াও য়াওদে, মরমশিং অসিদগী তোক্লরকপা তাখি।

অমরোমদসু মোর্ডন আর্টতি য়াম্না শম্লা উৎপা য়াবনিনা ব্রশ ষ্ট্রোক থমদুনা, খুৎকী স্কিল উত্তুনা ফজবা কনসেপ্টকা লোয়ননা পার্সপেক্তিবনচিংবা নৈনদুনা (সাইন্তিফিক এপ্রোচ) হৈ শিংবা উৎনবা শুকহোৎ হোৎনদ্রে হায়জনিংই, মরমশিং অসিদগী একজিবিসনশিংদা উৎলিবা লাইশিংনা সমাজগী মীয়াম্বু পেলহনবা ঙমদ্রে, য়েংবদা ভাব তাদবা কয়াসু য়াওরে ।

মী পুন্নমক মোর্ডন কন্সেপ্টতা চঙশিন্দুনা য়েংবসু হৈত্রে, মরম অদুনা, য়েংনিংঙকতবগী মরম অমা শোইদনা ওইফম থোকই খঞ্জে । য়েংনিংদ্রবদি পান্বীরক্তবা মশানা তাবনি। হায়বা য়াই, প্রজা মীয়ান্না ঐখোয়না য়েকলিবা অৱাংবা থাক্কী কলা অসি ভাব তাদ্রিবা করিগীনো ? মদু খুন্বদা ফনা লুবা ৱাফমনি । মতাং অসিদা প্রমান অমা তৌজগে ...

লৈবাক অমখক্তা প্রজা মীয়ান্না তুরেল ঈশিং থকলুবদগী ঙাওরবদা ঈশিং থকহৌদবা নিংথৌ মন্ত্রী মোত খেন্নরকতুনা (তিন্নরক্তবদগী) প্রজানা নিংথৌ মন্ত্রী মোত তিন্নদ্রে তোক্লো হায়রকপদগী মন্ত্রী অচুম্বা ঙাংবা অনিমক ঈশিং থকতুনা ঙাওবা মান্নরবদা নিংথৌ মন্ত্রী হন্‌জিন্দুনা ওইখি হায়বগী প্রমান মীয়ান্না খংবিরিবা অদুনি ! অদুগা চপ মান্নবা মওংদা কলাকারগী থবকসু অমানবী ত্রেডিশন, অমদি মানদবী মোর্ডন আর্ট (এবষ্ট্রেক্ট) লান তৌনবদৌনা, হিয়াং তান্নবগুম নত্রগা থৌরি চিংনবগুম অঙম তান্নরি, কনানা ঙমগদগে চপ চানা হায়জবা ইথৌ ওইদে মসি প্রজা মীয়ান্না অপাম্বদা ওইরক্কদ্রা হংনিংই, অপাম অপাম্বদা তারে ।

য়াম্না চাওবা অশোইবা অমনা দিল্লীনা তৌবা পুন্নমক ইম্ফালনা ইনগদবনি হায়বা প্রিন্সিপল অসিমক অশোয়বা অমনি, আর্ট একজিবিসন অসিমকসু কেতেগোরি অনি থোক্লা খায়দুনা অমানবী মানদবী অনিমক উৎপিয়ু হায়জবসু লুখম্না ফাওবা তাবিদে । দিল্লীনা তৌবা পুন্নমক ইনফম থোক্তে হায়বদি, মখোয়গী মতৌ তম্বনা আর্ট চাওখৎকদবা নত্তে, প্রমানদি -শ্রীকৃষ্ণ পোকপা লম মথুরা বৃন্দাবন্দা অমদি শ্রীকৃষ্ণ লেংশিন্দুনা পানবিরম্বা দ্বারকা, গুজরাত, অতৈ কৃষ্ণ নিংবা লাৎপা লমশিং রাজস্থান, ইউ, পি, নচিংবা খ্বাইদগী চাওবা মীশু খ্বাইদগী য়াম্বা লমশিংনা কলচরগী ওইবা "রাস লিলা" জগোয় ফজনা লৈরমদে, পীকখ্রবা কাচিন চীংথক চীংনুংদা ঐখোয়গী ওইবা কলচরদা " মণিপুরী রাস লীলা" ঙসি পৃথিবী ফাওরী, মণিপুরবু মশক তাক্লি । কলচরেল ডান্স অসি অসোমদগী (মপান্দগী) থিমতমক (ভাগবততগী) লৌরুবনি, পুন্নমক ঐখোয়গীতা ওইবা মওংগী হোৎনজদুনা মথন্তা ফোংদোকচরকপগী অখংবা মীয়াম অমদি স্কোলারশিংনা ভারতকী

অথরিতী ওইবা ক্লাসিকেল স্টেতস অদু য়ৌনা অদুম পুখৎখ্রিবা ময়ামসু য়াবিনিংবা খঙবিবা মী য়াম্না লৈফম থোকই । মমৈদা হায়জনিংবদি কলাকারশিংনা শেল নিংথিজনা ফংদবগী মরম নৈনফম থোকই । শেল ফংদবনা খ্বাইদগী চাওবা প্রোব্লেম ওইফম থোকই খনজে। মীয়াম সমাজনা পাক্লা য়াহন্দুনা পাম্নবা হোৎনবা অসি তরাইনা খন্দোকপা চুমদে । সরকারগী থবক তৌরবা, লেঙদবা তলব অমা লৈরবা কলাকারশিংনা হোবীদা পংঙাও ঙাওজবা, মীংচৎ পামদুনা মীয়ামদা উৎনবা হোৎনবসু য়াওদবা নত্তে, অদুবু তশেংনমক কলাকার ওইজরগে হোৎনবা মীগদি য়াম্না খেন্নে । করম্বা মখলনা শেল য়াম্না ফংবা, করম্বা মখলনা প্রজানা য়াদবা পাম্নদবা খঙদোক্কুনা অফবা অচুমবা লম্বী য়েংবনা ইশা ইশাগীদা নত্তনা কলাকার ময়ামগী অফবা ওইগনি খল্লি ।

অতৈ লৈরিবা সমস্যা অমনা - মণিপুর স্টেট কলা একাদমীনা আর্ট গেলরী শাবিদবা মিটিং ফাতিং সেমিনারনচিংবা, কলচরেল হোল থম্বীদবা অসিসু অচৌবা মরম অমনি । মরম অসিদগী আর্ট সোসাইটিগুম্বা সংস্থানশিং লিংখৎতুনা আর্টকী মুবমেন্ট তৌবদা মতেং ওইনা পাংশিন্দুনা কলাকারশিংগী ফোংদোকফম ওইনা লিংখৎতুনা মতেং পাংলি, হায়জনিংই অদুবু - ফাইনান্সিয়েল এড, হেলপ তৌবিদে, মসিমকসু মণিপুরগী কলাকারশিংনা য়াম্না পেন্নবা ৱাৎলি । আর্ট এণ্ড কলচর দিপার্টমেন্টপুসু অমুক হেন্না পেন্নদে মরমদি অতৈ কলাদা লুপা লাখতা থাদবা ঙম্মী ঐখোয়গী অমত্তা ঙাইজরবা কলাগী সংস্থান অসিদদি পীরোইদবগীতা হোৎনৈ, মসিসু প্রোব্লেম অমনি । এম, এস, কে, এ, না লিটরেচরগী কাংবুদনা চাং য়াম্না হেন্না হেলপ পীরি হায়বা লাল্লগদ্রা ? স্টেট কলা পুরক্লবা হোৎনবদা পুং, ঈশৈ, জগোই, দ্রামা অমসুং ফাইন আর্টকী মীহুৎশিংনা কন্না হোৎনজরকপনি, অদুবু হৌজিক্তী লিটরেচরগী কাংবুনা অয়াম্বা কেপচর তৌবগুমনা উরক্লে মসিদা কলাকারশিংনা খোইরাংনবা পোকই । মসিমক ষ্টেট কলাগী অচৌবা অশোয়বা অমনি । অসিসু শরোন্দা হৌবা লাইহৌগুম্না মপান্দা মীনদি উদবা অচৌবা লায়না অমা লৈরে হায়বসিদা হায়জনিংই ।

প্রোব্লেম অমনা - লাই য়েক্পা কলাকারশিংগী মরক্তা কো- ওপরেসন লৈনদবা মাগী কাংবু মাগী মী হায়দুনা মনুংদা কলক- য়েংথিনবা, পংহুনদা হুনবা, শিদোকনবা ঐনা হেল্লে, মহাক্কা হৈ হৈতে অসিগুম্বা মনুংদা পোলিটিক্স নত্রগা পোলিসি শান্নদুনা হুন্নরিবা অসিমক অচৌবা য়াম্না ফত্রবা পোলিটিক্স অমসু লৈরী । প্রমাণ চপ চাবা অচৌবা মেগাজিন্দা অফোংবা আর্টিকল পুথোক্কুনা উৎপা ঙমগনি অদুবু হৌজিকমক্তি মীয়ামগী ফনবা কনফরেন্সতা মীশক পন্নরগা মীয়ামগী অকায়বা লৈবনিনা মসিমক্তী অথুপ্পা ওইনা থমজখিগে, কনাগুম্বনা খংবিনীংলগা ওবর্জাব তৌবিবা ওইনা লেংবিরকউ, চপচানা উৎচগে । মসিমক্তি কলাবু হাত্তোক্লনবা মরম ঐখোয় কলাকার ইশা ইশানসু হোৎনজরি । অসুম্না মী হুন্নদুনা পোলিটিক্স তৌবগী মহুত্তা মশা মশাগী হৈননবা অমদি প্রজানা য়াননবা হোৎনদুনা ষ্টদি তৌবনা হেন্না ফৈ, ঐ মতিক চারে হায়বসি ঐনা তৌজবা থবক্লা মীয়ামদা উখোক্কুনা উহল্লগা অদুম মখংজরক্কদবনি, মী থাদরগা ঐ ফাওব্রা য়েংগে হায়রবদি সিনেমাগী রাইবেলগুম তারোইদ্রা ? প্রজানা খংখ্র- উখ্রগা নোক্কনি । অসিসু অচৌবা প্রোব্লেম অমা নত্রা ?

অরোইবদা ঐ ইশামক চহি ৪৮ দগী হেন্না ফিল্ড অসিদা লাক্লবনি, হৌজিক ফাওবসু লেপচদ্রি ঐনা য়াম্না চোপ্না পৈশা তাল্লুবগী ব্রা নৎচদে, পব্লিক্কী দিমান্দ অমদি মণিপুরগী মপান্দগী লাকপা (কস্তমর) ভারতকী ভি,আই,পি,শিংনা কন্না দিমান্দ তৌরকপদগী চহি য়াল্লবসু পোত্থাবা ফংদনা, তোকপা য়াদ্রবা শিনফম ওইবনা হেনজিল্লক্লি । শাংলবা চহি ৫০ মুক্কী মনুংদা ঐনা থেংজরকপা ফংজরকপা এক্সপরিয়েন্সসিংদগী খংজবদি - কলা অসি চাওরাক্লা মখল অনিদং থোক্লা থমজখিগে, অমনা হৌজিক্কী এক্সপ্রিমেন্তল ষ্টেজদা লৈরিবা হায়গদ্রা, মোর্ডন আর্ট অসিসু অপাম্বা কলাকার লৈরিবমখৈদি মদুম লৈখিগনি হায়বসু থাজে, অদুমনদি ওইরবদা, অনৌবা মখলগী কলা অসিনা কলাগী জগৎ সংসার অসিমত্তনি পুল্লপ্না কেপচর তৌবা (খুদুম চনবা) দি ঙমলোই হায়জনিংই । হোবিদা মোর্ডন কনসেপ্ট নত্রগা ফিলোসোফি ব্রাংনা য়েক্লবসু মদু সমাজ মীয়ামগা চানদবনিনা একজিবিসন্তগী ওইনা অদুম লৈখিবা তাই হায়না থাজজে। অমরোমদা,

রিয়েলিষ্টিক ট্রেডিসন অসিনি । মখল অসি থায়নদগী হোংবসু লৈত্রি হৌজিকসু অদুম মপুং ওইনা চত্থরি মতম পুম্নমক্তা অদুম লৈহৌরগনি থাজজে। অদুগা সরকারগী এজেন্টশিংনা থৈদোক্কুনা উদনবা ফনা হোৎনদুনসু সমাজগী মীয়ামগী মরক্তা থিংবা ঙমদ্রবা মরি অমা, অপান্বা মখল ওইবা অসিমদি ইফোং ফোংনা অদুম চত্থরক্লিবা অসিনি ।



আর কেসিএসনা আর্ট কনফরেন্সতা মহাক্না চে পাবা ।

মসিগী মনুংদা অপান্বা তৌবিয়ু করিসু য়েৎপা লৈজদে, ইতিকসু নৎচদে অদুবু খঙজিনবিবদা কান্নবা অমদি হায়জগে । কলাগী পোৎশক পুম্নমক রিয়েলিষ্টিকনা য়াম্না হেন্না পামনৈ মদুতনা শেল য়াম্না ফংই হায়জনিংই । মমল য়ামলবা পেন্টিং পুম্নমক অসিসু ভারতকী শক্লাইরবা ভি,আই,পি, শিংনা লৈখ্রিবা পুখিবা ঙাক্তনি মসিনা প্রমান ওইরবনি মখোয়না মোর্ডন আর্টপু পান্বা য়াম্না ৱাৎলী খঙলে।

মোর্ডন আর্ট অসিনা একাজাবসন্তগ। ঙইহ্ব। মখল ওইরকলি, অমরোমদা মতম কুইরবা ৱানি, পৃথিবীদা কেমেরা থোরকপনা কিনদুনা আর্ট ফোর আর্টস সেক হায়না সিজেন্না হৌদোক্লম্বদগী পিকাশোনা মতমগা চান্নবা পুথোক্কুনা সকসেস ওইনা ফাওখি । মসিমক্তি শেল তান্নবা মখলগী কলা নত্তবরা খঞ্জে। মী খুদিংমক্তা দরকার ওইদে, লাল্লগদ্রা ? অনৌবা

কলাকারশিংনা পিকাশো পৃথিবীগী অফাওবনি মতমগা চান্নরুবদুনা ফাওখিবসু য়াই অদুবু খঙজিনবা য়াবদি ইউরোপ্তা পিকাশো অনিশুনা ফাওদে, ভারত্তা হুশেন খ্বাইদগী ফওরবনি অদুবু বোমবে, কলিকতাদা অতোপ্পা হুশেন, ময়াম লৈতে, ফাওদে করিগীনো? খন্নবা য়াবা ফাওবা হায়বসি নিংথৌ লাইবক যুমদিন্নবা হায়বদুগী হুশেনসু মঙোন্দগী হেন্না হৈবা য়াম্না লৈরমলোই খল্লবদি অচুম্বা ওইরোই ঐনা লাল্লগদ্রা? অদুগুম্বা হুশেন, পিকাশো ঙাক্তা খন্দুনা ঐসু মখোয়গুম্না ওইবদি য়াদ্রা খনবসু য়াওরমলোই থাজদে । মরম অসিনা মখল অনিমক্তা অমতা মহে চাহৌদ্রবদি কাংখথাং খুজাইকাই, মব্রামযুম চাকসু চাদ, মপাম চাকসু চাদা হায়বদু শোইদনা তারোইদ্রা ? মরমশিং অসি মীয়াম্না নৈনবা ব্রাফম ওইনা অদুম থমজরমলগে । ঐনা মচুমলে খঙলে হায়বগী মোত পীজবা নৎচদে, অরানবা অমদি কলাকারশিংদা অকায়বা অশোকপা য়াওরবসু ময়ামগী ফনবতা হায়রুবদা য়াওখিবা য়াই অদুবু কলাকারশিংগী পেনবীহৈবা অমদি ঙাকপিহৈবা গুণনা ঙাকপীগনি খঞ্জে ।

সমস্যা (প্রোব্লেম) অমনা - কলাকারশিংনা দরকার মেটেরিয়েল কেনবাস ক্লোট, নত্রগা রো ক্লোট ওইনা অতৈ ওইল কলর ত্যুপ, তুরিনচিংবা মরাং কায়না ফংদবা, লৈতবা, দুকান্দারশিংনসু য়াম্না শিংপা প্রোফিটেবল ওইবা নত্তবগা মরাং কায়না থম্বীদবা অসিনি ।

ঐনা খরা পঞ্জরিবা অসি নত্তবা সমস্যা কয়াসু কলাকারশিংনা থেংনবিরমগনি অমসুং খঙবিরমগনি নিংজে, লাইরিক হৈবশিংনা সাহিত্য ফজনা ইংরাজিদা ইরকপা য়াই অদুবু ঐখোয় লাইরিক ব্রাৎপা ঐখোয়না য়েংলুবা ঙমদবদগী মখোয়গী অদুদা লাল্লী চুম্মী য়েৎনরুবা ঙমদদুনা তুমিন্না লৈথোকপদগী লাইরিক হৈবশিংনা ইরিবা ঙাংলিবশিং অদু পংচুমদা চুল্লবোই নিংবসু য়ামনা য়াওদবা নত্তে ।

অরোইবদা হায়জনিংবদি, কলাগী থবক্তা ইংগ্রাজী হৈবতনা খঙবা হেল্লি হায়রবদি - গ্রিক, রোম, ফ্রান্স, স্পেন, জর্মন, রুশিয়া অমসুং চিনা, জপান, কোরিয়ানচিংবা ইংলিস ঙাংদবা জাতিনা অসুক য়াম্না চাওখৎলল্লিবা করিগীনো খঙজনিংই । কলা চাওখৎপা হায়বসি ইংলিস লোনগা মরী লৈনদ্রবসু

চাওখৎপা য়াই হায়জনিংই, কলা হায়বসি থম্মোয়দগী থোরকপা অচুম্বা কনসেপ্ট, হিউমেন সাইকোলোজী, ইমোসনগা লোয়ননা কলাকার অদুগী ভিজিবল ওইবা মওংদা পুথোরকপা অদুবনি ।

প্রমান - " আর্ট ইজ এ রেকোর্ড ওফ এনসিয়েন্ট সিবিলাইজেসন" হায়না ৱান্ডিগী অথরিতি ওইরবা দি আর্টকী পেজ ৩৩ দা য়াওরি, মসিদা হায়রি - লিরবা কলাশিং অসিগী অইবা রেকোর্ড লৈরমদ্রবসু কলাশিং অদুনা মরোল অদুম লোলহল্লি ।

মতাং অসিদা ৱাফম মচা অমতংগা ঐনা হায়জখিবা শেল ফংবগী ৱাফমদা চোপমল্লি খন্দুনা কলাকারশিংনা হায়বিরকপা য়াই মদুদি ঐখোয়দি শেন তানবা নত্তে, কলাবু নুংশিজদুনা তৌজবনি শেন তানবদি অতোপ্পা লম্বীদা তানবা য়াই, হায়নসু হন্দক্তা স্টেট কলাগী লাকলম্বা দাক্তর রতন পারিমুনা ইশামক্তা হায়রম্মী, অসিগুম্বা মোত লৈনরগদি করিগীদমক কলাকারগী সমস্যা (প্রোব্লেম) গী মরমদা খন্নদ্রবসু য়ারমই । মরমদি হৌজিক্কী মতমদা কলাকারশিংনা উৎনিংবতা উৎপা য়াই অথিংবসু লৈতে, অদু ওইরবদি কলাকারশিংগী প্রোব্লেম হায়বসিবু লৈফম থোকপ্রা ? করি প্রোব্লেমনো ঐখোয়না খঙবগী মপানদা লৈরমলগদ্রা খঞ্জে ।

নৌহৌননা নহারোল কলাকারশিংদা আপিল তৌজনিংবদি মী হুনবগী পোলিটিক্স, থানদবগী চৎনবী ঐখোয় মশেল চৈনবা তোকনরসী ঐখোয় পুন্না খুৎশমনদুনা চোংথোকমিন্নসি উৎথোক্লসী সংস্কৃতি পুং- ঈশৈনা পৃথিবীদা শক তাকপগুম্নমক ঙমদ্রবসু ভারত শীনথুংনা য়েকপগী কলাসু ৱাংতে খঙহনসি, অরিবা পোলিটিক্স থাদোক্তুনা ঐখোয় পুন্না চোংথোক্তুনা মাংলোমদা চংশিনসি ।

□□□

*আটিকল অসি আর্ট সোসাইতি মণিপুরনা শীন্দুনা পাংথোকখিবা অৱাং নোংপোক ভারতকী ওইবা আর্ট কনফরেন্সতা পাথোকখিবা ৱারেংনি । (ইম্ফাল, এপ্রিল ১৯, ১৯৮৭ ইং )*

# মণিপুরদা চিত্রকলা

ইজবাঃ- রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা (RKCS)

The true artist will let his wife starve,
His children to go barefoot, his mother drudge for his living at seventy, sooner than work at anything but his art - G.B. Shaw, Man and Superman act (I)

পৃথিবী অসিদা চিত্রকলা জগৎকী ৱারী, ৱারোল অমসুং প্রদর্শনীশিং অসি অসুক্কী মতিক শন্দোক্লুনা পাকচাউনা লৈখ্রে । মসি য়ৌনা মপুংফানা চাওখৎলবা সমাজ কয়াগী হকচাং কয়াৎকী মশক ওইখ্রে মদুদি- " মণিপুরদা চিত্রকলা" হায়বা মমিং অমা লৌদুনা খরদং খন্ননবা পুথোকপসি ৱাফমসিগী ফিরেপ অমা লৌবা য়ারবরা হায়না ৱাহং অমা হংবা য়ারি। চিত্রকলা অসিমক্লা নৌজবতা নত্তনা মণিপুরনা চাওখৎলবা লৈবাক কয়াদগী লাপ্না কাচিন্দা লৈবনা, ইতিহাস লৈজরবসু লম মচা ওইবগী অপনবা অৱাৎপা কয়ানা থল্লবা লৈবাক ওইবনা হীরম কয়াদা শিংথানবা য়াবা খোংথাংগী পোৎশক পৃথীবীগী মমাংদা খুদোল ওইনা পুথোকপা ঙমদ্রি, - অসি হায়দুনসু নৃত্য- কলা জগৎতা পৃথিবীগী মনুংদা শোন্থাংননা শরুক খজিক্তং য়াবা ঙমজবগুম ঐখোয়গী চিত্রকলাসু য়াম্না হন্থরোইদ্রা হায়বগী থাজবদুদি লৈ । অদুবু ৱাফমসিমদি শেংলে নৃত্যকলাদা লৈজবা অদুক চিত্রকলাদদি লৈজদে।

শতাব্দী অমা নত্রগা অহুম চৎখৎখিবদা ভারত অমসুং ইউরোপকী Work of art লৈরম্বা অদুম হায়নদি মণিপুরগীদি লৈরমদে , সমাজ অমসুং সরকারগী থাক য়াম্না ৱাংনসু লৈরমদে, কলাকার কয়া পোকখিরম্বা য়াই অদুবু কলাবু শৌগৎপিবা মীওই, সমাজ অসুং নিংথৌশিংগী মশিং ৱাৎপা তাই । তরামরিশুবা শতাব্দী অদুৱাইদা Established Society লাকপগী

ৱাফম ওইনা তৌই । মণিপুরগী কলা অমসুং সভ্যতাগী ইতিহাসতা মাইকৈ অনিদগী শোয়দনা প্রভাব ফংখিরমগনি নিংই । মণিপুরনা আর্য্য সভ্যতানা প্রধান ওইবা অমসুং মঙ্গোলোইদ কাংবুগী দেশ কয়া অনিগী তায়নফমদা লৈবনা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী প্রভাব লৈগনি । লিরবা মতমদি শোয়দনা কবো, অৱা, য়ুন্নান অমসুং শ্যাম দেশশিং অসিগী কলা জগৎকী মমি তারম্বা তাই - মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম অসি য়াম্না থেঙনা চঙলকতুনসু বৌধ ধর্ম্মগী প্রভাবতি য়াম্না ঙন্না লৈরে - অদুমকপু নোংপোকলোমদগী । 'ফুরা' হায়বা ৱাহৈসি ফায়া হায়বদগী লাকপনি হায়রি । অৱা লোন্দা ফয়া হায়বদি লাইশং শ্যামগী হিয়াং তান্নবগী মওংগা মণিপুরগীগা য়াম্না মান্নখ্রে । 'মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বা পোংনিংথৌ খিকোমবা' অনি য়াম্না চান্নবগী ৱারী, মৈতৈ নিংথৌগা পোং নিংথৌগা (শান) এলাইয়েন্স তৌনদুনা, অতৈগা লাল তৌনবগী ৱারী, নিংথৌ খোংতেকচাগী মতমদা য়ুন্নানদা Cultural Troupe অমা থাবা, মৈতৈ লল্লোনবশিংনা য়ুন্নানগী ফ্রোন্টিয়ার ভামো নত্রগা ভামোখোং তান্না চৎপা, মমৈথংদা চীনগী লল্লোনবশিংনা মণিপুর য়ৌশিল্লকপা, খাগীগী ময়দানা হিংচাবা মণিপুর নিংথৌনা হাৎখিবা, খাগী অমসুং মণিপুর অনিগী মরক্তা খুৎশা হৈবা তান্নবা, খাগী উপু অমা হাংউ হায়দুনা পীরকপা, মণিপুরগীনা উরিৎ মহুম পীখিবগী ৱারী পুম্নমক অসিনা মণিপুরগী কলা অমসুং সভ্যতাদা নোংপোক্কী প্রভাব শোয়দনা লৈফম থোকলে । অমুকসু "কৌতম মুনি লাব লাব কবোদদা মরৈয়ে" মতম অমদা তোয়না হায়নরম্বা ৱাহৈনি মসিনা তাকপবু বৌধ ধর্ম্মগী Influence অসি ময়েক লানা লৈরম্মী । হিন্দু ধর্ম্ম অসি অসুক্কী মতিক প্রভাব কনা হায়জিল্লকখি - চুম্নতা মণিপুরীশিংনা পামজদুনা লৌনবা হোৎনরুবতা নত্তনা মোগোল নিংথৌরেলশিংনা (ঔরঙ্গজেবনচিংবা) হিন্দু বিরুদ্ধ ওইবা নীতি অসিদগী ব্রাহ্মণ কয়া মণিপুরদা হায়জিল্লকখি । তশেংনমক লাই য়েকপা' হায়বা ৱাহৈসি হিন্দু ধর্ম্ম চাওখৎলকপগা লোয়ননা থোরকপা ৱাহৈ মাল্লী ।

নীঙগদৌরিবা লাই অদুবু য়েকপা মতাংসিদা কনাগুম্বনা হায়বা য়াই - ব্রাফম অসিনা চুমলবদি হিন্দু ধর্ম্ম লাকত্রিঙৈদগী মমাংদা মণিপুরদা য়েকখোৎপগী থবক লৈরমদ্রব্রা হায়বা ব্রাহং অমা চংই। করিগীসু লৈরমলোই কোন্না থোরকলবসু হেন্না ' ফোর্সফুল' ওইবা ব্রাহৈদু শিজিন্নখিবতনি।

ফনেক্কী ময়েক- মরাং, ফিবানগী ময়েক খামেন চৎপা, পাখঙবা পাফল অতৈ অতৈ মণিপুরগী লিরবা Traditional Art নি। মসি পুম্নমক্কী মথক্তা ফি শাবদা কব্রংনা শাবদা 'ঙা' হৎপা থোইদোক্লা নিংশিংনিঙাই ওই। অদুবু ইউরোপকী Renaissance কী Period কী Art তা, পুম্নমক ধর্ম্মগা মরি লৈনহনবগী মতৌ অদুগুম্না মণিপুরগীসু ধর্ম্মগা মরি য়াম্না লৈনৈ। বিষ্ণুপুরগী 'বিষ্ণু মন্দির' মহাবলী উমংগী ফুরা, রামজী প্রভুগী মুর্ত্তি, শ্রীগৌবিন্দজী অমসুং অতৈ অতৈগী দেবদারু মূর্ত্তি অসিনচিংবা অতৈ তাথরকপদা মহাভারত, রামায়নগী ব্রারী, অদুগা মোইরাংগী খম্বা থোইবীগী ব্রারী। খৃঃ ১৮৪৪ দা শঙ্গাবা কোনুং অমনবা শোয়দনা নোংচুপকী প্রভাব লৈগনি।

অতৈ লৈবাক্কী আর্টকী হিষ্টরি য়েংনরুরবদি তরামাপলশুবা শতাব্দী লোইবা ফাওবদা মণিপুরগীদি ব্রাৎলি হায়বা য়াই। অদুবু চন্দ্রকীর্ত্তি, শূরচন্দ্র অমসুং কুলচন্দ্র মহারাজগী মতমদা য়েকপা খোৎপগী থবক খরদি পায়রে। য়েকপা ঙাক্তগী ওইনা নত্রবসু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা ( ১৭৫৯- ১৭৯৮) জগোই রাস, গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমদা ( ১৮২৫- ১৮৩৪) শঞ্জেনবা অমসুং কাং চিংবা হৌদোকপা, চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা শামু খাবক লাকপা, শেম্বাং মহুম শাবা অসিনচিংবা পুম্নমক অসিদগী Arts and Crafts কী অচৌবা ময়েক লাবা খোংথাং অমা লাকখি। তশেংনা হায়রবা ১৯ শুবা শতাব্দীদা তীর্থ কোইরুবগী মমিংদা ভারত অপুম্বা কোয়রুবা মী য়াম্না মণিপুরদা লৈরে।

কুনশুবা শতাব্দী চঙলকপা মণিপুরদা ব্রিটিশনা পাল্লবা মতমদদি তশেংনা চাউখৎলবা লৈবাকশিংগী মতৌ তমদুনা মণিপুরদা চিত্রকলাগী শিনফম অসি লৈরে হায়বা য়াই। মথক্তা পৃথিবীগী অমদি ভারতকী নোম্না কয়াগী স্কুল কয়াগী ব্রা- খনখরে। মণিপুরনা করম্বা নোম্না মতৌ তমখিবগে নত্রগা মতোমতগী ওইবা স্কুল অমা পুথোকখিবরা নৈনবা য়াবা ব্রাফমনি। কুনশুবা শতাব্দী চৎলকপগা লোয়ননা Modern Art লাক্লবসু মণিপুরদদি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও লোইরবা ফাওবদা মদুগী প্রভাব য়ৌরক্তরি হায়বা য়াই। তরামাপলশুবা শতাব্দী লোয়রমদাইদা, মেচিন কল কারখাণা য়াম্না পুথোকনরকপা মতমসিদা খুৎকী কলা মখল মাঙলক্কদবা উনরকপা মতমসিদা ইংলেণ্ডদা Arts and crafts movement অমা হৌরকখি। হায়রিবা movement অসি কুনশুবা শতাব্দীগী দিকেদ অনি অহুম চঙশিল্লকপা মতম ফাওবদা মণিপুরদা য়ৌরকখি। খ্বাইনা জেল্লি মেম হায়রগা খঙনবা মেম সাহেব অসিনা মণিপুরদা মুভমেন্ট অসি কন্না চত্থরকখি। মণিপুরনা হান্ননা ফিশা লোনশা হৈনজবা লৈবাক ওইরুবনা খুৎকী কলা অদু য়াম্না চুশিন্ননা অমসুং মহৈ য়ানবা থোকখি



মুতুবা ম্যুজিয়মদা লৈরিবা এন. ভদ্রনা য়েকলম্বা *"মুলোন"*

মরিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচান্দ (১৮৯২-১৯৪৩) মতমদা থোইদোক্লা মণিপুরদা চিত্রকার অনিমক ফাওরকখি। শ্রীভদ্র সিংহ অমসুং শ্রীরাজকুমার যুমজাওস্না সিংহ (১৮৭০-১৯৫৪)। শ্রীভদ্র সিংহ কলিকতাদা চৎতুনা লাই য়েকপা তমখি। মহারাজগী অমদি শ্রীগোবিন্দগা মরি লৈনবা লাই কয়া য়েকখি।

অসিগীসু মথক্তা মতম অদুগী বৃটিশ সরকারগী পোলিটিকেল এজেন্টকা য়াম্না চান্নখি । মণিপুরদা লৈরম্বা খ্বাইনা ছোটো সাহেব হায়রগা খঙনবা টি,সি, হডসন্না ইবা "The Meitheis" হায়বা লাইরিক (খৃঃ১৯০৮ দা ফোংবা) অসিদা 'মচুদা নম্বা Art Plate মরি মঙা য়াওরি । মচু খেংনা শিজিন্নদে । অর্টকী পরপজ অদু ফোংদোক্লবা হোৎনৈ । ষ্টাইল অমসুং টেকনিক্কী ৱা হায়রবদি মতম অদুদগী Bengal school of art না শোয়দনা influence তৌবা তাই ।

অদুগা শ্রীরাজকুমার য়ুমজাওসনাদি থোইদোকপা মণিপুরগী মপান্দা তম্বা চৎলুদে । খরগী মখৈদি পোকলকপদগী চেন্নরকপা গুণনা (inborn aptitude) য়েকপা ওইনা তৌই । অদুবু শ্রীয়ুমজাওসনাবু পোকপা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা দোলাইরোই হঞ্জবা ওইখিবা গৌরসিংহগী প্রভাব খরদি লৈগনি । শ্রীগৌরসিংহসু Monochrome গী লাইয়েকপা অমদি ওইরম্মী ।



মণিপুর ষ্টেট্ ম্যুজিয়মদা আরকেসিএসনা খুৎশিন্নখ্রবা রাজকুমাব গৌর সিংহনা পেনশিন্না য়েকলম্বা *জিলা ডরবার*।



বাজকুমার য়ুমজাওসনা য়েকলম্বা *কৃষ্ণনা বৃন্দবণ থাদোকপা*।

শ্রীরাজকুমার যুমজাওসনাদা Mughal অমদি Rajput Painting গী প্রভাবসু তারম্মী। অদুবু True to the Nature অসোমদা চঙশিনবগা লোয়ননা rhythm রোমদসু য়াম্না য়েংলম্মী। শ্রীরাঃ কুঃ যুমজাওস্নানা লাই য়েকপা খুদিংদা 'করিগুম্বা পুক্নিংগী ভজন' অমদি শোয়দনা তৌরম্মী - করিদগী অয়েকপা অমসুং অশাবদা জীব চঙই হায়বগী থাজবসি লৈরম্মী।



রাজকুমার যুমজাওসনা সিংহনা য়েকলম্বা *গৌর অমদি নিত্যাই*

অমরোমদা অমুক মতম অমদা থাজনরম্মী য়েকপা শাবা মীশিং অসিনা শোয়রবদি মশামক্তদা তেকশিন হঞ্জল্লি। মরম অসিদগী হকচাং কায়াৎকী শরুক পুম্নমক ময়েক লানা লানা য়েকপা শাবা অসি তৌরম্মী। মুর্ত্তি শাবদা নত্রগা য়েকপদা হকচাংগী ইন্দ্রি পুম্নমক হাপলে হায়বগী ভজন অসি তৌরম্মী। শ্রীরাজকুমার যুমজাওসনা লাই য়েকপা অমা ওইবদা নত্তনা মূর্ত্তিকার অমসু ওইরম্মী। মদুদা নত্তে অফাওবা (উশুবা) নুপা অমসু ওইখি। শ্রীরাজকুমার যুমজাওসনাদা imaginary ময়েকলানা লৈরম্মী।

□□□

*আর্টিকল অসি 'দি মণিপুর ফাইন আর্টিস্ট এসোসিয়েসন কৌবা সংস্থান অমনা ভদ্রসিং বার্দ সেন্টনরী সেলেব্রেসনগা মরী লৈননা ফোঙখিবা Manipur Painting মণিপুরি চিত্রকলা কৌবা লাইরিক্তগী লৌথোরকপনি। (1968)*

# কমর্সিয়েল আর্টনা কান্নবা

আর কে সি এস
মণিপুর ইন্দষ্ট্রিয়েল বুল্লিতিন জানুৱারী ১৯৮৬

কমর্সিয়েল আর্ট হায়রগা খঙনরিবসি করম্বা মখলশিংগী আর্টপু খঙনবগে খন্দোক্তুনা উৎপা তাকপা তারবদি, ফনা লুনা থোক্কনি । মরমদি আর্টিস্টশিংগী মনুংদা ১ দি অয়েংবা নত্রগা ক্রিতিকসশিংনা য়াম্না হায়নবা ৱাফমনি । শেল তানবদা সিজিন্নবা শেন য়াম্না ফংবা অমদি প্রোফেস্নেল ওইনা তৌবা অসিনা কমর্সিয়েল আর্ট অচোপ্পনি, অশেংবা আর্ট নত্তবদৌনা মী খরনা পাওথোকই, মসিমক্তি তশেং তশেংনা লাল্লবনি ।

মরমদি কমর্সিয়েল হায়বসিগী মনুংদা জর্নেল মেগাজিন কয়াদা এডভরতাইজমেন্ট ওইনা শিজিন্নরিবা মখলশিং অসিসু রিয়েলিস্তিক ওইনসু শিজিননৈ, করিগুম্বদা মোর্ডন আর্ট ওইনা সিজিন্নৈ, মোর্ডন অমদি ফোটোগ্রাফ কুম্বগা পুন্না এপ্লাইদ আর্ট ওইনসু সিজিন্নৈ, মদুদা আর্টিসশিংগী হৈশিংবা উৎতুনা ময়েক ১দি অতে অতে কমপোজ ফজনা তৌদুনা য়েকই। অদুতা নত্তনা অচৌবা নিউজ পেপর অচৌবাশিংদা এদ্রর্ভতাইজমেন্ট হাপনৈ, অচৌবা হোর্দিং সাইন বোর্দ নচিংবদসু উৎনৈ, মসি পুম্নমক আর্টিশকী শেল ফংবা ঙাক্তনি, শুবা নোম্বা অমদি খুৎশা হৈবগী থবক পুম্নমক ইন্দসত্রি ঙাক্তনি । সমাজগী কান্নবা থবক্তা য়াম্না সিজিন্নবা য়াবা মখলগী আর্ট, দ্রোইং স্কেটচ, পেন্তিং অমদি এপ্লাই আর্টনচিংবা পুম্নমক শেলসু ফংবা সমাজগীসু কান্নবা ঙাক্তনি । মরমদি হৌজিক্কী অনৌবা অঙাংশিংগী লাইরিক্তা য়াওরিবা ইলসট্রেসন অমদি স্কেটচশিং অসি য়াম্না কাননৈ, অঙাংশিংনা য়াম্না কাননৈ,

অঙাংসিংনা য়াম্না থুনা খঙবা ঙমহনবা অমা ওইরকলি । মসি আর্টিশশিংগী থবক ঙাক্তনি, ড্রোইং হায়বা য়েকপগী টেক্সবুক খরা তমলীবসিসু য়াম্না মরুওইবা ১নি মরমদি হায়র এডুকেসনদা টেক্নিকেল এডুকেসনশিংদা ১বা চহি ২ - ৩দি ড্রোইং য়াওনা তমলবনি ।

ইশানা য়েকপা অমদি অয়েকপা লাইরিক্তগী তমগদবনি, দোক্তর তম্বদা অমদি ইঞ্জিনিয়ার তম্বদা ড্রোইংসু য়াম্না মরুওইবনি । মরম অদুনা ফোরেনগী চাওখৎলবা দেশশিংনা লাই য়েকপা অসিসু কমপলসরী সবজেক্ট ওইনা লৌনৈ।

অদুবু লাইবক থিবদি মণিপুর গুম্বা লমদদি য়াম্না হন্থবা সবজেক্ট অমনি খন্নবগুম তৌই, ড্রোইং অমদি লাইয়েকপবু মরুওইবা সবজেক্ট ওইনা লৌবিদ্রি, স্কুল পুম্নমক্তা ড্রোইং তম্বদি হৌনরে অদুবু ড্রোইং নিংথিজনা হৈবা ওজা কয়া হাপ্পিদুনা অঙাংশিংবু হৈনবা তম্বীদ্রি । অৱাংবা থাক্কী য়েকপগী স্কুল কোলেজ নিংথিজনা থম্বীদ্রি, ইউনিভর্সিটি লৈরবনিনা ইউনিভর্সিটিনা Recognised Art College অমদি থম্বীফম থোকলবনী । মসিমকনসু বিষয় অসি প্রজানা অমদি সরকারনা আর্টপু মশক খংবিদ্রি হায়বদা লাল্লোই, নত্রবদি ফনা কুইরে ইম্ফাল আর্ট কলেজ অসি হায়দুনা লৈরকলিবা ! মতাং অসিদা হায়জনিংবনা মসিমনা অৱাংবা থাক্কী সরকারগী শাসোনগী ৱা ওইরসনু ।

মথংদা য়েকপনা কান্নবা মখল কয়ামরুম লৈ অদুবু সোসাইতিগী (Standard) ষ্টেন্দার্ড ৱাৎপগা অমদি সরকারনা ব্লোক শাফম অমদি নমফম ওফসেট প্রিন্তর কুম্বা লৈতবনা খরসু থবক লৈহনদ্রে, মরম অমনা ওফসেত প্রেস অমদি শাফম থমদবগী মরমসু প্রেসকী থবক মতিক চানা লৈরোইদবা অমদি সমাজনা থবক পিবা ঙমলোইদবা অসিগুম্বা অচৌবা মোর্ডন প্রেসশিং লৈতবনা পুরকতবগী মরম ওইবা য়াই । চুম্নগী মেগাজিন মচা খরা লমাই ২গী পেপর খরনদি থবক ওইবা য়াদবদগী পুরকতে, মরম অসিদগী মোর্ডন প্রেস কয়াদা আর্টিশকী থবক লৈরবসু মণিপুরদদি লৈতবনা হৌজিক্কী মতমগী Mission Style School দা লাই ঙাক্তা য়াওবা লাইরিক কয়া তমলবসু

পব্লিকেসন পুন্নমক দেল্লী, কলকতাগী ঙাক্তা ওইরিবনি । Author মৈতৈ ওইরবসু মপানগী মী ওইরবসু মপান্দা নম্বা তাখিবনা লোকেল আর্টিস্টকী থবক লৈহনদবগী মরম অমনি । অয়াম্বনা মপালগী পব্লিকেসন ওইখিবনা লোকেলগী মী কয়া থবক লৈফম থোকতে ।

মতাং অসিদা য়াম্না পঞ্জনিংবা অমনা মণিপুর গুম্বা পীকখ্রবা, মীসু য়ামখীদ্রবা লম অসিদা করিগুম্বা থবক মচা খরা পাইখৎপা তারবদি থবক অদু ওইদ্রিঙৈদা কলকপা কাংবু খরগী পোলিতিক্সনা হাদুনা চাউখৎপা ওইরকপগী মহুত্ত মাংথরকপা য়াবগী ফিভম য়াম্না লৈবনা ওইরক্কনি থাজবদা লুনা থোক্কনি। প্রমান ওইনা খর পনজগে, ঐ ইশামক মীগী ওডর কয়া শুদুনা হৌরকপনি লাই য়েক্কুনা বজারদা য়োনজদে অদুবু ১৯৪৭ দা Commercial firm অমা ওইনা RKCS Chitralaya হায়দুনা লিংখৎচৈ মদুদগী প্রজাগী সমাজগী ওর্ডর কয়া ফংদুনা চাওখৎচরকপদগী সিনেমা পোষ্টরনচিংবা য়েকপা হৌদোক্কুনা ঙসি ফাওবদা ফজনা চৎথজরী অদুবু মতাং অসি করিগী পল্লিবনো খরদংগা রিফর তৌজগে, Commercial Studio ওইনা লৈরকপদগী ছাত্র কয়া তম্বা লাক্লম্মী চহি কাংদনা তমলী, হৈরবা অমদি জেনরেল এডুকেসনদসু হৈরবা মী ২০ - ৩০ থবক ফংনখ্রে হৌজিক ফাওবা থবক তৌনরী, মরন্নাই Studio তৌনদুনা প্রোফেসন্নেল ওইনা হিংনবসু কয়া য়াওরী অদুবু হৌজিক্কী মপান্দা তমলুরবা অমদি লাইরিক লাইসু হৈরবা Critics শিংনা RKCS Commercial Art কী founder অমনি। লময়ানবা অসিদা, কমরসিয়েল আর্টকী লাইয়েকপা হিংবা য়াবা বিষয় অমনি হায়বগী মহুত্তা লান্না লমজিংবিবা য়াওরি RKCS পু লাই য়েকপরা পৈশা তানবনি অতোপ্পা সিনেমাগী লাইনচিংবা অসিনি, মসি চুম্মী খনবিবরা? হংজনিংই ।

হৌজিক্কী মপান্দা তমলুরবা মীওই খরনা Modern Art (Abstract art) তবু Art নি Painting নি খন্দুনা শেল ফংবা মখল পুন্নমকপু য়াম্না হন্থনা খনবা করিগীনো ? রেডিও ফাওবদা হন্থনা ঙাংবা মীশক য়াওখ্রবনি ।

মসি নহারোল আর্টিস্টশিংদা লান্না লমজিংবিদুনা তুংদা অৱাবা তারকপা য়াবগী লম্বীদা শৌগৎলি। কমরসিয়েল আর্টনা শেল ফংই হায়বগী কল্লকপদগী তৌহৌদবা খরনা নহারোলদা লান্না লমজিংবিবা অসি তুংদা য়াম্না নিন্দা তৌরকপা য়াই।

ফাইন আর্ট অমদি ওইল কলর অমদি কলচরেল পেন্তিং কয়াবু মমল য়াম্না পীদুনা ইন্দিয়ান V.I.P. কয়ানা লৈদুনা মপান্দা পুখীবা অসিসু শেল য়াম্না লৌহৌরবনি হায়দুনা Commercial Art নি হায়না হন্থনা লৌগদ্রা ? ইউরোপকী গ্রেট মাষ্টরশিংগী অয়েকপা অশাবা লাইশিং অসি মমল য়াম্না পী, লাক্ষ কয়া পীবা কয়া, ময়াম্না তান্নরিবা অসিসু হন্থনা লৌগদ্রা ? মসিদা হন্থনা হুল্লিবা অসি পুমলান লাল্লবনি। শেনবু ফংদ্রবদি মীরক তিনবা ঙমলক্তে, থবক লাকপীদ্রবদি ফনা হৈদুনসু থবক লৈতদুনা একোনোমিক পোজিসন ফত্তদুনা ফেমিলীদা বেঙ্ককরপ ওইদুনা ৱারকপা য়াবা অদুগী ইকাইববুদি শেল য়াম্না ফংলগা কমরসিয়েল আর্ট ওইরবসু সমাজগী দরকার ওইবা কয়া ফুলফিল তৌদুনা অমদি অনৌবা সমাজনা পামগদবা, দরকার ওইবা মখল কয়াগী থবক পুথোক্তুনা সমাজদা উৎপা খঙহনবা অমদি পামহন্দুনা লাই য়েকপা অসিনা ইজ্জৎ ফংদুনা মীরক তিললকপা ঙমগনি। য়েকপা খোৎপা অসিসু শিনফম অমনি হায়বা উৎপগা লোইননা ফেমিলিগী মেনটেনেন্স তৌবা ঙম্বা মীরক তিনবা মী অমা ওইবনা ফৈ।

পনবা য়াবা খরনা প্রজাগী মোৎত্তদি ফিল্ম ষ্টুদিও অমা লিংবা ঙমলবদি খ্বাইদগী ফগনি খল্লি, মৈতৈ ফিল্ম অমা নম্নবা হোৎনবতদা শেল য়াম্না চংই, Calcutta দা পাইথোককা পাইশিনগদা অচৌবা শেনফম খরদি লোইরমগনি, অদুনা মৈতৈ কম্যুনিতীনা পীকপনিনা শেল হনজিন্নবা হোৎনবদা অৱাবা অমা ওইনৈ, সরকারনা শেল খরা হেন্না থাদবিরগা ইম্ফালদা ষ্টুদিও অমা থম্বীবা ঙমলবদি মদুগী দরকার ওইবা Equipment কয়া থম্বীবা ঙল্লবদি ফিল্ম নম্বদা তংখাই ৫০% পার্সেনতমক চংবা য়াই, মশিংসু খরা হেন্না পুথোকপা ঙমগনি খঞে। ফিল্ম Industry মচা অমা লৈবা অরাইবদি নত্তে,

ঙম্লগদি নহারোল মখুৎ হৈবা আর্টিসান, কার্পেন্তরনচিংবা কয়াগী থবক লৈগনি খঞ্জে ।

মণিপুরগী মপান্দা Textile Mill লৈবা মফমদদি হৌজিক্কী ফি- রোল অকেবা মখল পুন্নমক্তা লৈরোংনচিংবা মখল কয়া নমলিবশি Textile গী ডিজাইনর আটিস্টনা ডিজাইন তৌবা কলর কমবাইনেসন ঙাক্তনি আর্টিস অমদি টেক্সটাইল ইঞ্জিনিয়ার কয়াগা Co-ordinate তৌদুনা পুথোকপনি । মসি পূন্নমক খুৎশা হৈবা Industry চাওখৎপগী খূদমনি, অদুবু মণিপুরগুম্বা লম মচা অসিদদি কলরগী মপুং ফাবা প্রেস লৈতবনা অৱাবনি অসি য়ৌনা ভারত সরকারনা শেল চাওনা থাদরক্লবা মতমদা ফাওবদা ঙমদ্রবনিনা মতুংদা ওইরক্ক নি হায়বগী থাজবা ৱাৎলি । মণিপুরগুম্বদদি Artist কী থবক অসি ইরৈ লৈতবগুম তৌই সোসাইতিনা থবক অমগুম্নসু উবিদ্রি, মসিসু খরা মখৈদি চুমদবা নত্তে । মণিপুর সরকারনা তশেংনমক Self employed গী শক্তমদা খরগা Industry লিংখৎপীদুনা হোৎনবিবা য়াম্না ৱাৎলী ।

শেংনা হায়বা তারবদি ভারত সরকারনা শেল য়াম্না থাদবিদুনা অচৌবা Project কয়া পাইখৎপীরি লম্বীথোং, ডামনচিংবা, ওফিসকী বিলডিং কয়া অমদি জেনেরেল এডুকেসনদা চাওনা হোৎনবী অদুবু প্রজা পুম্নমক জেনেরেল এডুকেসনদা পুল্লগা Stress পিসিনবা অসিবু কানরুখিদ্রা ? শিংবদি য়াম্না হেনগৎনরকপগুম তৌই .... থবকতী অসুম লৈরকতবদৌনা উই মসিসু খন্নবা য়াবা মতম য়ৌরে । লাইরিক য়াম্না হৈনরে, জ্ঞান য়াম্না লৈনরে, লাইরিক্কী দিপ্লোমা, দিগ্রী কয়া পাইনরে অদুবু থবক লৈতনদি হিংবা ৱাগনি ... " লাইরিক তম্বনা" জ্ঞান লৈনবনী খুৎশা হৈবনা থবক শুনবনি, থবক শুরগা শেল ফংই। জ্ঞান লল্লোন্দুনা চাবা য়াদে । মসি সমাজনা খন্নবা মতম ওইরে । মাস পীপলসনা থবক লৈতদুনা চরা হেল্লগা লম্বী থোং ফজবদা চৎলগা অমদি দাম কয়া শারগা মদুবু য়েংলগা পুক থনবদি য়াদবনিনা করম তৌবা তাবগে ? ওইবা য়াবা মরম খরদি সমাজনা থবক শুদুনা চাজবা মীবু

য়াম্না হন্থনা খনবিবা উশিৎপীদবা মরম অমসু লৈরী মরম অদুনা হৌজিক্কী মীওইনা থবক শুবসি পাম্নদে। য়ারবদি সরকারগী, মীনা কয়া উদবা থবক্তা তানরকপনি।

মী এমপ্লোই তৌবা য়াবা ইন্দষ্ট্রিজ কয়া লিংখৎপীরবদি য়াম্না ফগনি, নত্রবদি থবক লৈতবা শুনিংদবা প্রজা কয়া, কয়াম কুইনা খাঙগদগে ? অচৌ- অশাং করবার ব্রালা মপানগী অমদি লোকেলগী মী কয়ানা অচৌবা ফূরা দোলাল কয়া শাথ্রবসু প্রজা মীয়াম্না মদু উরগা পুক থনবা য়াগদ্রা? মসিমক্তি Self Employed য়াম্না তৌরগা খরা মখৈদি ফগনি, অদুবু মণিপুরদা থাদরক্লিবা শেলগা থবক ওইনা তৌরকপগা খরা খেন্নবগুম উরিবসি প্রজা অমা ওইনা হংজনিংবদি মীয়াম্না শেলগী খুদোংচাবা ফংবা ব্রাৎতুনা মী খরতগী মখুৎতা ফংহনখিদুনা প্রজা মীয়ামগীদনা হেন্না ব্রাশিল্লকপা ওইরকপরা খঙনিংবা পোকই।

□□□

আর্টিকল অসি মণিপুর ইন্দষ্ট্রিজ ইউনেন, ইম্ফালনা *"মণিপুর ইন্দষ্ট্রিয়েল বুল্লিতীন"* জানুৱারী ১৯৮৬ দা ফোংখিবদগী লৌথোকচখিবনি।

# কমর্সিয়েল আর্টনা কান্নবা (২)

আর কে সি এস

*মণিপুর ইন্দষ্ট্রিয়েল বুল্লিতিন জনুৱারি ১৯৮৭*

ইণ্ডষ্ট্রী মুভমেন্টতা য়েকপনা করি কান্নবগে অসিনি, মসি হায়বা তারবদি ফুরিৎ তুবগুম রাজমীস্ত্রী অমদি উ শুবগুম্না পাকচাওনা মফম পুম্নমক্তা লম খুদিংদা প্রজা মীয়ামগী দরকার ওইবদৌনা আর্টিস্টশিংগী লায় য়েকপদদি দরকার ওইদে, মসি মী খরতগী শিনফম ওইনা তৌবা তাই, তৌইগুম্বসুং য়েকপনা সমাজদা অমদি মহৈ তম্বদা ছাত্র নহারোলশিংদা য়াম্না কান্নবা বিষয় অমা নত্তে হায়বদি লানগনি । মরমদি হৌজিক্কী অনৌবা সমাজদা টেক্নি কেল এডুকেসন (technology) নত্রগা self employment হাইবনচিংবা কয়া পাইখৎনরি মসি পুম্নমক্তা দ্রোইংগী দরকার ওই করিগুম্বা পোৎ অমা শাবা তারবা অমদি ডেকোরেসন্নচিংবা তৌবা তারবদি পুম্নমক্তা হান্নবা খন্নে, খন্নরিবা পুম্নমক দ্রোইং, স্কেটস তৌদুনা য়েংলবদি শুরিবা মীগা মপুগা ভাব খরমখৈদি তান্নরবনিনা থবক শুথবদা য়াম্না লাইনা থোকই । মতম অসিদা য়ুম- কৈনচিংবগী দিজাইন তৌনবা "Architect" হায়বা অমসু চৎনরকলি, বিষয় অসিমক্তি মণিপুরদা ঙরাং নহালতা চৎনরকপগুম তৌরবসু ফোরেন কনত্রিশিংদদি থাইনদগী চৎনরকলে ইউরোপ, আমেরিকানচিংবা মফমদদি য়াম্না কুইরবনি, খুদম ওইনা রোমগী St. Peter, Dome-Cathedrel পৃথিবী ফাওরবা ফুট ৪৩০ ৱাংবা অচৌবা অর্কিটেকচর অসি পৃথিবীগী ফাওরবা মীয়াম্না খঙনরিবা মাইকেলএঞ্জেলো হায়বা অচৌবা কলাকার অসিগী নোমুনানী মহাক্কী চহি ৭০ শুরক্লবা কানদা নোমুনা পুথোকলম্বনী, মহাক as a Painter, Sculptor, Architect বিষয় অহুমদা ফাওরম্বনি । আর্টিস অসিদসু নত্তনা

আর্কিটেক পেন্তর কয়াসু ফাওরমই । অদুনদি আর্কিটেক হায়বা বিষয় অসিমক্তি Artist না ওইবদা য়াম্না চানবা বিষয়নি ।

ইউরেপকী লণ্ডনদগী ফোংবা Arts কী অচৌবা অথরিতিশিংনা অসুম্না হায় Art হায়বগী চপ চাবা থবক অমদি মদুগী অর্থদি "Painting, Sculputre" অমদি Architecture ও অসিনা পুম্নবতদা Arts কী হৌরকফম অমদি চপ চাবা খুদমনী হায় ।

অদুবু মণিপুরদসু মপান্দা তমলুরবা মী কয়ামুক লৈরে অদুবু হংবা য়াবদি মখোয়না তমলুরিবা অদুনা নহারোল ছাত্রশিংদা করি হৈহল্লবগে ? অমদি কান্নবা য়াবা করি করি তম্বীরবগে হংনিংবা পোকই । হৌজিক ফাওবদদি Modern Art হায়বগী মীংদা Abstract Art, Impressionism, Surrealism নচিংবা অনৌবা মখল অসিনদি কন্না একজিবিসন খুদিংদা হন্না হন্না উৎলে, অদুতা নত্তনা তমখৎলকলীবা অঙাংশিংদা Modern Concept কী ব্রাখল চংহন্দুনা মান্দবী তম্বীবা অমদি ইনফ্লুয়েন্স তৌবা উরে, মসিমক্তী য়াম্না লাল্লবা অমনি হায়দবা ঙমলোই । মান্দবী আর্টসনা ময়ামগী কান্নবা য়াবা থবক্তা শিজিন্নদুনা মী খরগী থবক পীবা ওইথোকতে খল্লী । মনিপুরদা State Kala Akademi না চহী খুদিংগী "State Exhibition of Art" হায়না তৌরিবা অসিমক মীয়াম্না পেন্দবা পাম্নদবা ওইনা তৌরকলি, মরমদি মীয়াম প্রজাদগী হেন্না ব্রাংনা ব্রাখল খনখ্রবা হেন্না ভাব ফজখ্রবা অমদি য়াম্না ব্রাংবা থাক্কী মীয়াম্না খঙনবা ঙমবা ব্রাংমদা লৈখ্রবা খরগী আর্টনী হায়না উৎলীবরা খঙনিংবা পোকই। মসিনা আর্টস্টশিংগী skill হৈশিংবা উৎপা ঙমফম থোকতে, অসুমনা চহী ৫ - ১০ দংগা চৎথরকলবদি কলাকার অদু অদুম মান্দবদা হৈনদুনা মখুৎ পংশিল্লক্তুনা অমানবা Realistic Tradition লোমগী য়েকপা অসিদা হৈনরকতদুনা মশামক তোকখিবসু য়াই খল্লী।

মসি "State Kala Akademi" না মখল খরা শুনা কেটেগোরিকেল্লী থৌগৎপীবা তৌবা চুম্বনী অদুবু মোর্ডন এবষ্ট্রেক্টতা ঙাক্তা ষ্ট্রেতস পীশিন্দুনা লৈখ্রে, হংনিংবা পোকই, প্রোগ্রাম অসি প্রজা মীয়ামগী কান্নহন্নবরা? নত্রগা মী খরতগী

মোট আর্ট উৎলীবরা? লাইবক থিবদি অচুম্বা ঙাংবা অসি অঙাওবা তারে, অরানবসু ওইরে, পোলিটিক্সকী যুগনি মরম পুম্নমক্তা বাইয়স লৈবা মী খরগী থৌশিন্দগী মীংচৎ তান্নবা হোৎনবদা 'State Kala Akademi' সু হোইদুনা পুরবরা চিংনদবা ঙমদে।

কান্নবা খরসু খন্নসি হৌজিক কপ, প্লেতনচিংবা ক্লেগী পোৎচৈ শারিবা অসিমক প্রজাগী য়াম্না দরকার লৈবা অমনি মসিগীদমক্তা সরকারনা জপানদা ত্রেনিং ফাওবা থারুবা মী য়াওখ্রে অদুবু হল্লকলগা ফিগী নোমুনা তৌদুনা থম্বগুম্না অতৈ বিষয় খরসু লৈরবনি, সরকারনা থবক পাইখৎহন্দবগী মরমসু লৈ। প্লাষ্টিক্কী কোটেজ ইন্দষ্টীজ, পেপরনা শাবা pottery goods plate কয়া শাবা য়াই, China, Japan, Korea দা য়াম্না চাওখৎপা Industry নী। য়েক খোৎপা লৈরোং ফজনা য়াওবা পোৎচৈ লৈতেংগী পোৎচৈনচিংবা ঙাক্তনি। মসিগুম্বা ইন্দষ্ট্রিজ মচা মচা লিংখৎপীদ্রিবা করিগীনো সরকারদা হংনিংবা পোকই। Toy মক্তা শারবসু স্টন্দর্ড য়ৌদবগা , য়োনফম লৈতবগা, তোকনরক্লে। মরম পুম্নমক সরকারগী অখং- অহৈ খরা থাদোকতুনা মরম চাবা থিদুনা য়েংবিরগা পাইখৎপা য়াবা পাইখৎপীফম থোকই। ইন্দষ্ট্রীয়েল বেঙ্ক কয়া ফাইনান্স তৌনবা থন্বীরবসু ওফিসারশিংগা মান্নদুনা মরুপ মপাং বারী সম্বন্ধীশীংগা মান্নদুনা য়েনদুনা অরেম্বদা মাংহনবসু য়াম্না উরি মসিমকসু প্রজাগী পেনফম থোকতে। তশেংনা থবকশুবা মীদি কয়া ফংদে হায়নিংই।

শিনফম অদুনা টেকনিকেলবু ওইরবদি য়েকপগা য়াম্না মরী লৈনৈ হায়বসি থবক ওইনা চৎথরক্লবা কান্দা সোইদনা খঙফম থোকই । মরম অসিনা স্কুল তমলীঙৈদা ড্রোইংনচিংবা বিষয় অসিসু সরকারনা স্কুল খুদিংগী মতিক চাবা আর্ট এন্দ ড্রোইংগী ওঝা হাপ্পীদুনা ছাত্র অঙাংশিংদা খর খরা হৈহনবনা য়াম্না অচুম্বনী ।

সরকারনা Self employed হায়না তোইনা লাওরি অদুবু পোলিটিক্সকী স্লোগান ওইনা তৌবরা Practically ওইবা মওংদদি পাইথবিদে, গরিবি হতাও হায়বা ভারত সরকারগী স্লোগান ওইরবসু মণিপুরগুম্বা লমদদি অরেম্বনী নোকনিংবা পোকই । ওন্ন- তৈনবা ওইনা থোকই । প্রমানদি - মীয়াম্না খঙনরী অচৌ অশাং কয়ানা লাখপতি করোরপতি থুনা ওইবা ঙম্মী, লাইরবা প্রজাদি

থবক শুনিংদবগা লৈতবগা মান্নদুনা ফিবম অসুম ফত্তবা হেনজিল্লকলী । মতাং অসিদা হঙজনিংবা অমনা করিগীনো- লাইরিক হৈবা নহারোলশিংনা সরকারগী থবক্তুতবু ওইনিংবগী অপাম্বনা লনাই শু- নোমদুনা, ইরন্নাই থবক শুদুনা হিংবা য়াবা থবক কয়াসু উশিন্নদনা লৈথোক্কুনা লৈনরী । ময়াম অসিবু সরকারগী থবক্তা লোইনা সার্ভিস তৌবা ফংগনি থাজবিবরা ? ঐখোয়না খঙজবা মরম খরদি লৈ অদুবু সিমিনারগুম্বা মফম, মতাং চাবা কান্দা ফোংদোকপা নত্তনদি ইবদা খরা লুনা অমদি শাংনা ইবা তাবনিনা পঞ্জররোই । খন্নবা নৈনবা চুমলবনী ।

প্রমান খর পীজবা তারবদি সহরগী মফম পুম্নমক্তা খুল্লক লৈরকশিংদা ঐখোয়না উবা ফংই মদুদি চেক্কী রাজমীস্ত্রী, উগী মীস্ত্রী, য়োৎ শুবা মীওই অমদি অতৈ থবক কয়াগী হায়রীবা খুৎনা শুবা থবক পুম্নমক ময়াংগী মীওই কয়ামরুম হায়জিল্লক্কুনা শুররে । তৌবসু মখোয় নত্রবদি পল্লিক্কী থবক ময়াম অসিসু লোইবা ঙমলোই মীতৈনা ওইথোকত্রে মসি করিগীনো ? মীতৈ মীস্ত্রী কয়ানা হৈসু হৈতনা চাওথোকপা লৌনিংবনা হেনবা মৈতৈ মীস্ত্রি অফবসু লৈশিল্লকতবা মরম কয়ানা ওইরবগনি । বিহার, বেঙ্গোল, উরিষাদগী ময়াং ময়ামনা মশিং লাকঙমদনা মখোয়সু ময়ুমদা হনিনিংদ্রে । করিগীনো ময়াং ময়াম্না হিংবা ঙমলগা শেল তানফম ওইরগা মৈতৈ ময়াম্না ব্বারিবসি নৈনবা য়াম্না চুমলে, মৈতৈনা তল্লীঙৈ, ইকাইরিঙৈদা ঐগী চালুক্তা খুজাই থাংজিন্দুনা মীতোপনা চাররিবসি ঙন্না খংহৌবা ফৈ নত্রবদি চহি ১০ / ২০গী মতুংদা মৈত্রবাক মণিপুর চাকনি ফিনিবা য়াম্না থোরকলোই হায়বা ঙমলীব্রা ?



আর্টিকল অসি মণিপুর ইন্দষ্ট্রিজ ইউনেন, ইম্ফালনা *"মণিপুর ইন্দষ্ট্রিয়েল বুল্লিতীন"* জানুৱারী ১৯৮৭ দা ফোংখিবদগী লৌথোকচখিবনি ।

# নুপী লালদুদা ঐগী মোট অমসুং ঐ

অইবা ঃ আর কে সি এস
দেজাইনর নুপীলাল নিংশিং মূর্তি

হায়নখি বৃটিশ সম্রাজ্য নুমিৎ তাদে, ইতিহাসনা শাক্সিনি । বৃটিশকী হৈশিংলবা মতমদুগী লৈঙাকলোনগী শাফুনা মালেমসিগী কাচিন কোয়য়া ফাওবা কুপগ্রবদা লিংথোকপা ঙমখিদ্রে মণিপুরসু । মীখা- পোননা লৈবা পামজদবা জাতিনী মণিপুরদী, মীশিং য়ামজখিদ্রবা মণিপুরনা নিংতম্বা কন্দবা য়াদে হায়দুনা খৃঃ ১৮৯১ দা বৃটিশকী চাওরবা লাশ্মীগা লান্বা পাবা ঙমখ্রবসু নিংতম্বদি মাংগ্রে, বৃটিশকী শক্তী মখাদা । অদুবু অঙকপনি বৃটিশকী কল্লবা মপাঙ্গল ওইদুনসু মণিপুরীশিংগী থম্মোইবুদি মাইথীবা পীবা ঙমখীদবনা বৃটিশ শাশনবু পেঞ্জদবা মণিপুরী প্রজা কয়াদি বৃটিশকী মায়োক্তা লেপ্তুনা লৈখী ।



আরকেসিএসনা য়েকলম্বা অহান্বা নুপী লাল ।

বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্ট মেজর মেক্সুয়েলনা মণিপুরদা মাগী থবক লোইগদবা চহি অমরোম ৱাংলিঙে খৃঃ ১৯০৪ দা মৈতে মচাশিংনা মতমদুগী এসিষ্টেন্ট পোলিতিকেল এজেন্ট মিষ্টর. জে.জে. ডনলোপকী বঙ্গলো মৈ থাখী, ২রক শুবা ওইনা আগষ্ট থাদসু মৈ থাখী, মৈ থাখিবা মীওইশিংগী লিখুন তাকপা ঙম্বা মীওইদা লুপা ৫০০ মনা পীগনি হায়নফাও লাওথোকখি, সেপতেম্বর ১২ দা ইম্ফালগী প্রজা মীয়াম্না মৈ থাদোকখ্রবা ছোটো- সাহেবকী বঙ্গলোবু কবোদগী চিংশু উ লোরুদুনা শাগদবনি হায়না অকনবা চৈরাক পিরদুনা প্রজা কয়া অৱাফমদা তারবদা মথৌনা মরিংজেলতনা থল্লবা য়ুম য়ুমগী নুপীশিংনা খুৎতা ফিশা তেম অমমম খুৎলায় ওইনা পায়রদুনা বোড়ো সাহেব মেজর মেক্সুয়েলগী বঙ্গলো তম্না নুপী ময়াম হুপতোকরক্তুনা খঙহৌদনা লান্দখিবা, খন্থুদুনা য়েংবদা অঙকপগী মশক্কি ! ঐনা হংজনিংবা ৱাহংদি অসুম্না করম্বা মালেমসিগী জাতিগী নুপীশিংনা অসুম্না বৃটিশ সম্রাজ্যগী মায়কৈদা লান্দাবা ঙমখীবগে ? থৌদোক অদুবু অহানবা নুপী লাল হায়না ঙসি ফাওবা খঙনরী। অদুবু ঙসিদি অহানবা নুপী লালবুদি মণিপুর মীয়াম্না নাথৈদুনা থন্বীখিবনা মমী শাম্লবা ইতিহাসকী চেনা ওইরক্লে, ঙসি ঐখোয়না করিগী নুপী লানগী মুর্ত্তি খিনগদৌরিবনো? মতমদুগী নুপীশিংদুনা লৈবাক্কীদমক্তা লৌখিবা থৌদাং মথৌনা মরিংজেল অদুগীদমক্তা প্রজা মীয়াম্না তৌফম থোকপা মথৌদাংনী খন্দুনা পায়খৎলকপা নৎত্রা ? অদু ওইরবদি মমাংদা থোকখীবা অহানবা নুপী লালগী মরমদসু নিংথিজরবা মূর্ত্তি (খুবম) শিং রাজভবনগী গেট মমাংদা (নিত্যাইপাৎ চুথেক) খিনগৎপা থেংমল্লবনি । ঐখোয়দি নুপী লালদমক নত্তে লিম্থোয়ঙম্বী, গম্ভীরসিং, অতৈ অতৈ পাওনা, থাঙ্গাল, টিকেন্দ্রজিৎনচিংবা খিনগৎলসী হায়রিবনি, মফম চাবা য়েং য়েংনা।

অদুবু লুরিবদি প্রজা মীয়াম্না থাজবা- থমগদবা থৌবুরেল অমা চংই, মীশক অদুনী থিবা লুরিবদি । হৌজিক মীয়ামদা কৎথোক্কদৌরিবা নুপী লাল মেমোরিয়েল কমপ্লেক্স অমসুং কমপ্লেক্স অসিদা খিনগদৌরিবা নিংশিং মূর্ত্তিশিংসি করম্না ওইরকখিবগে হায়বসিনা ইতিহাসকী চেনা অমা অমুক ওইরকলবনি, খন্দুনা য়েংশি, মণিপুরগী মতম মতমগী সরকার কয়া কয়াদা হন্না হন্না হায়জরবসু

ওইথোকপা ঙমখিদবনা নুপী লালদুদা শরুক য়াখিবী ইমা কয়ানা মমিৎতা উজবা ফংখিদবা অমসুং অসিগুম্বা কমপ্লেক্স অমতং নুপী লানগীদমক্তা লৈরবদি হায়দুনা লাইশোন ওইনা শোঞ্জখিবা লৈখিদ্রবা ইমাশিংদুগী মফমদা খুদোল অসি তম্লগনি খল্লুবদা ইমিৎতগী ইরা চেনখিবা খঙহৌদে । অদুবু লায়বক ফবা অমদি ঙসি ঐখোয়গী ইরক্তা ইমা সনাতোম্বী, ইমা ইবেমহল অমসুং ইমা ইন্দুমুখি ঐখোয় পুন্না হিংমিন্নরি, ইমাশিংসিনা পুন্সি চেংজেল লোয়দুনা লাইরৈবাক্তা চৎখীবদা তম্বীয়ুকো ইমা রজনি অমসুং অতৈ অতৈগী মফমদা মণিপুরদা নুপী লাল নিংশিং মূর্ত্তি খিলহৌরে হায়না ।

ঈশ্বরদি পুন্নমকপু উবিরিবনি, অচান- মীরায় নাইদবা ঈশ্বরনা পুন্নমকসি শিনবিরক্তুনা নুপী লাল কমপ্লেক্স শাদবা য়াদে মতাগুম মণিপুরগীদমক্তা থব্রাই হকচাং কৎথোকপা ঙম্বা গবরনর অমা পীনবিদুনা অসুক চাওবা খুদোল অসি নুপী লালগীদমক্তা নিঙশিংনবা খুদোল তম্বা ঙমগদৌরিবনি ।

ঐখোয়না গবরনর শ্রী ওঃ এনঃ শ্রীবাস্টবগী মফমদা শিংঙমদ্রবা লমন তোল্লবনি অমসুং মণিপুরগী প্রজানা মতম লৈবা খিবিক্তা শ্রী ওঃ এনঃ শ্রীবাস্টববু কাওবা ঙম্লরোই অমসুং কাওথোকফমসু থোক্তে । মপান কাংজৈবুং শেমগৎপদসু থৌবুরেল ওইনা চোংথোকপীরক্তুনা চাওরবা থৌদাং লৌবিখিবগীদমক্তা মণিপুর পুম্বনা পেন্নখ্রবা গবরনরনী শ্রী ওঃ এনঃ শ্রীবাস্টব । মতুংদসু শ্রীবাস্টবকুম্বা গবরনর কয়া মণিপুরগীদমক্তা পীনবিবা ওইসনু হায়না ঈশ্বরদা প্রাথনা তৌজরী । লৈবাক্কী নিংথৌনা মবুক শেংদ্রবদা লৈবাক অদু ব্রাবা তাবনি .... ঙসিদি মণিপুরগী মপু ওইনা পাল্লিবা ফম্লাইবা কয়ানা গবরনর শ্রী ওঃ এনঃ শ্রীবাস্টবদগী পারা কয়া তমঞ্জবগী তঞ্জা পীবীরবনি । শ্রী ওঃ এনঃ শ্রীবাস্টব পুন্সি নুংশাংনা হিংহনবিবা ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজরি ।

# নুপী লাল ২ শুবদা (১৯৩৯) ঐ


আরকেসিএসনা য়েক্লম্বা অনিশুবা নুপী লাল।

মতম অদু ভারত পুম্বা বৃটিশ শাসনগী মখাদা লৈবা পামদে হায়দুনা বৃটিশকী মাইয়োক্তা মখল মখলগী আন্দোলন চৎথরিবা মতমনি। মণিপুরদসু আন্দোলনশিংদুগী ইহৌ কয়া কয়া য়ৌরকখী, মণিপুরদা সার চুড়াচান্দ মহারাজনা নিংথৌ ওইনা পাল্লবসু বৃর্টিশকী শাসন মখাদা লৈবা মতমনি। বৃর্টিশকী মায়োক্তা খঙহৌদনা মণিপুরগী নুপী ময়াম বৃটিশকী মায়োক্তা আন্দোলন হৌরকলে। মতম অদু ঐহাক শুপ্নদগী চহি ১৬ লোমদমক ঙাইরি, মপাঙ্গল কল্লবা বৃটিশকী মায়োক্তা নুপীশিংনা হৌরকলে তাবদা যুমথোং খুদিংদা ব্রা ব্রা লাওনৈ করি থোক্লগবা অদুবু হনবা লৈখিদে মণিপুরগী নুপীশিং। মাইগৈ খুদিংদগী লাকপা নুপীশিংনা পুমনিল নিল্লরে ইম্ফালগী ময়োলমক্লী খন্নরিবা খ্বাই য়াইস্কুলমক্তদা। থৌদোক অদু ঐগীদি

শুমাংমক্তদা থোকখিবা থৌদোক অমগুম্বনিনা - লৈকাইগী ইয়াম্বশিংগী মতুং ইন্দুনা য়েংদদি য়েংহৌরসি হায়বগী মতাগুম য়াইস্কুলদা লৈরিবা লৈমপোকপম কৈরুংবগী লাইশঙ অসিগী মমাং মক্তদা খা- ব্রাং তিন অকোনবনা কুপ্পা শঙ মরি মঙা অদুগী মনাক য়ৌরকলম্মী। শঙশিংদু কৈথেলগী শঙশাংনী, মমাং থংবা বর্মা রোদকা তাইনবা হৌজিক হৌজিক বিঃজেঃপিঃগী অফিস অসি রোয়েল মেলগী ওফিস লৈরমই, মেল এজেন্সী অদু থাংজম বোন হায়রগা খংনবা ওঝা অতুলচন্দ্র হায়না খঙনবা অমনা এজেন্ট পায় অদুদসু নত্তনা ওঝা অসিনা মতমদুগী মীল কয়াসু ইম্ফাল, সেকমাই, দিমাপুরনচিংবা মফমদা চেংগী মীল তৌরম্মী। য়াইস্কুলগা কৈশামথোংগা শম্নবা লম্বী অসিগী অব্রাং থংবা অব্রাং ওন্দুনা দুকান কয়া লৈরমই, কালিমাইগী মান্দোপকী খা- নোংপোক থংবা অদুদা অহাংবা লম্পাক খর লৈরমই, মদুদা মীতিং কয়া অমসু তৌরমই। নুপাশিংসু ফনা য়াম্না য়াওরমই, পংলাওদা লাউনৈ, করি লৈখাই তানরিবনো অঙাং ওইবনিনা খঙনিংউদে । মাইকৈ পুম্নমক্তগী লাক্লবা মীয়াম্না য়াম্লক্লবা কান্দা দরবার লৈবা অব্রাংলোমদা মীয়াম ফুগৎনবা হোৎনৈ অদুবু এসঃএমঃপিঃ সিফাইশিংনা তানখাইদুনা কন্না মীয়ামদু থুগাইনবা হোৎনখি। ঐখোয়সু নুপা নহাসু খরা য়াওবদুদা, খরা খরা চংশিন্দুনা তুং ওইরপ্না ইয়াও য়াওই অশেংবদি নুপীনা মপুং ওইবগী ব্রাদনী, থৌদোক অদু ৫ নী ১০ নী লাংদুনা লাকপনী মমৈ থংদা পুলিস বজারগী দুকান্দা শিঙ য়োন্নবা পৈরম্বা শিঙশিংদু লৌদুনা নুপা আন্দোলোনকারীশিংদুনা সরকারগী শিফাইশিংদুগা উতুপ ব্রাতুপকী লানসু তৌনখী। মমৈ থংদা নিংথিনা হৈ শিংলবা সিফাই কয়া থাদোরক্লনা মীয়ামদুবু তানখাইরমই, মতম অদু নুংথিলনী, ঐখোয়সু মীহুল শুদনা মীয়াম কাইদুনা মাইকৈ শলাই খংদনা চেন্নবা অদু অদুম য়াওরকই। মতম অদুগী এসঃএমঃপিঃ মশিং শুপ্নতগী ২৫০ তনী, থানানা মশিং ৬০ দনী, পোর্শাক্তী খাকী খোংগ্রাও অককপা খুবোম য়াই য়েৎলী, সিফাই পুম্নমক মরু কোকই, তুপী অকোইবা ফন্দোক্তবা উপ্পী, ফুরিৎতী উৎ মচু মানবা লিৎলী, পুলিস থানানা খাকি অককপা লিৎলী কোয়েৎ অঙাংবনি, মতমদুগী শিফাইশিংদু নোংমৈমক পায়দুনা ঙাকপদি নত্তে, চৈতুপ পায়দুনা তৌনবা লাল্লোংনিনা মখোয়সু মমৈ থংদদি মীনগা য়াম্লকপগা লোয়ননা খর ব্রারপ থোকখি হায়নিংই, নোংমদি চেংগী মীল থুগাইনী হায়দুনা য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই ফাওরগা এলাংবম লৈকাইগী থোং

অহায়বী লান্দুনা নুপী ময়ামনা থাংজম বোনগী মীল থুগাইবা চংখী। কৈশামথোংগী ইনা কুপ্পা থোং লান্দুনা চৎপসু য়াওনখী, ঙাইহাক লৈরগা মীল থুগাইরমলে হায়দুনা মীয়াম লাওদুনা হাইগৎলকখি, নোংমসু কষ্টুরীগী গোদাউন থুগাইরুনী হায়দুনা মীয়াম হায়গৎনখী মদুমদি ঐ য়াওজহৌদ্রে।

নুপী কয়া কয়ানা মপান্দা পুথোকখিনবা চেঙ য়াওবা গাড়ী কয়াগী মমাংদা হিপচিন্দুনা লৈহৌরে হায়বগী পাওসু অদুম মতাই, মণিপুরগী থানানা কন্ট্রোল তৌবদা খরা ৱাবগুম তৌরে হায়বসি ঐখোয়সু অদুম খঙলে। থৌদোক অসি অসুম অসুম চাওথোক্লক্লে মতমদুগী মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রসিদেন্ট মীষ্টর টি সার্প মথা ফনা য়াম্না শারমগনি খঞ্জে। নুপী লান থোকখীবা নুমিৎ (দিসেম্বর ১২,১৯৩৯) অদো পিঃএমঃএসঃ দি মীষ্টর টি সার্প মশামক চেম্হোরক্তুনা লৌরুংশঙদা হায়জিল্লক্তুনা মাগী বঙ্গলোদা চংখী, মমৈথংদা মীষ্টর টি সার্পনা নবদ্বিব ধামদা বাস তৌদুনা লৈখিবা মণিপুরগী মহারাজগী য়াথং ১ লৌনবা হায়দুনা টেলিগ্রাফ অফিসতা চেনশিনলমই, অদুবু অকিবা ফংনা শাওরবা নুপী লিশিং কয়া অদুনা টেলিগ্রাফ অফিস অদু কোইশিন্দুনা থমলম্মী অমসুং নুংনচিংবা কয়া থাদুনা থোংনাওগী মীংশেলনচিংবা কয়া থুগাইরক্লবদা মতমদুগী আসাম রাইফলগী কমান্দেন্ট কর্নেল বুলফিলনা মহাক্কী সিফাই কয়া থাদোরক্তুনা নুপী মীয়ামশিংদু তানখাইনবা হোৎনবদা আসাম রাইফল সিফাইশিংগা নুপীশিংদুগা ইন্থোক ইনশিন কয়া তৌনরমই, মমৈ থংদা বেনেতনা হায় হুম্বা তৌবদগী অশোক অপন কয়া য়াওনখী। মথংগী নুমিৎতা মহারাজনা মপান্দা চেঙ থাবা লেপ্পো হায়না পাওখুম পীরকপগা লোয়ননা নুপী কয়ানা দুকান্দার কয়াবু কিহল্লমই অমসুং মীল কয়াগী মপুবু মপান্দা থানবা চেঙ তকচররোই হায়না অইবা ৱাশক চে কয়া খোমলম্মী। অসুম্না মমৈথংদা পোলিটিকেল এজেন্ট খৃষ্টোফর জিমসননা মতম খরা লেপনবা মীল ওনরশিংদা হায়খী, অসুম্না থোকখীবা থৌদোকসিবুনী ঐখোয়না নুপী লান হায়না খংনরিবা।

মণিপুরগী নুপীশিংনা বৃটিশকী মাইয়োক্তা থৌনা ফনা চোংথোরক্লুনা তৌখিবা আন্দোলোন ঙসি ঙসি মালেমগী ইতিহাসতা অতাংবনি, মরম অদুনা ঐখোয়না নুপী লান্দা শরুক য়াখিবী ইমাশিংগী মফমদা কোক নোঞ্জরি অমসুং তৌবিমল খংবা উৎচদুনা প্রজা মীয়ামগী লৈজবী মতেংগা লোইনদুনা নুপীলাল কমপ্লেক্স অসি প্রজাদা খুদোল তমজবদা ঐসু ঐনা ঙমজবা লাইয়েকপা অমা ওইনা দেজাইন তৌবা ফংহনবিবগীদমক্তা সি সি এন এল সিগী চেয়ারমেন হিজ এক্সলেন্সী শ্রীওঃ এনঃ শ্রীবাস্টব অমসুং কমিটিসিগী মেম্বরসিং অমসুং ইমা আরঃকেঃ সনাতোম্বীগী মফমদা খুরুমজরি ।

❑❑❑

*আর্টিকল অসি নুপি লান কমপ্লেস শঙ্গাবা নুমিৎতা পুথোকখিবা সোভেনীরদা ফোংখিবদগী লৌথোকচবনি (১৮ এপ্রিল, ১৯৯৯ ইং)*

# য়াহৈ খরদং

আর কে সি এস

*মহাক্কী ইতিহাসকী ওইবা আর্ট একজিবিসন শঙ্গাবদা অইবা ওইনা পাথোকখিবা (১৯৯০)*




*আরকেসিএসনা মহাক্কী ইতিহাসকী ওইবা আর্ট একজিবীসন্দা মহাক্কী ৱারোল পীবা।*

ঐবু পোকপীরম্বা লৈবাক্কীনা লাইয়েকপগী শিনফমদা লম য়ানবা গুরু অমা ওইনা খঙবিরম্বা গুরুদেব লৈখিদ্রবা শ্রীরাজকুমার য়ুমজাওসনা (১৮৭০-১৯৫৪) গী তুংইনজদুনা য়াম্না পীকলিঙৈদগী মতেং পাংবা ঙমজদুনা গুরুদেব অসিনা থুপখ্রবা মতুংদদী মীয়াম্না নুংশিবিবদগী লৈবাক্কী লাইয়েকপা অমা ওইজদুনা প্রজা মীয়ামগী অমসুং সরকারগী ওইবা শীনফম অসিগী মরি লৈনবা হীরম কয়াদা সেবা তৌবা ঙমজবদগী য়ামদ্রবদা হৌখিবা চহি ৪০, ৫০ গী মনুংদা ভারতকী রাজ্য কয়া শীনবা থুংনা অমসুং ভারতকী

ব্রাংমদা জাপান, ইংলেন্দ, রুসিয়া, ইউ এস এনচিংবা মফমশিংদা মণিপুরগী Traditional heritage culture অমসুং ইতিহাসকী ওইবা লাইয়েক কয়ানা মপান লমদা মণিপুরবু শক তাকপদা ঐনা ঙমজবা থৌদাং খরা মখৈদি লৌদুনা লাকলগসু মণিপুরগী ইতিহাস অসি মপান লৈবাক্কী মীওইশিংনা খঙবীদবা অমদি মণিপুরগী ইতিহাস লৈজদবা হৌরকফম খঙদবা, য়াম্না তমথিবা জাৎ অমা ওইনা অসুম লৌখিবা তারগদী মণিপুরবু হন্থবা মীৎয়েং অমদা অসুম লৈহৌবা তারে লোইন লোইননা মণিপুরগী হৌরক্লীবা নহারোলশিংনা মশা- মশাগী মরমদমগী হৌখিবা ইতিহাসশিংশি কাওথোক্তুনা ব্রারী মতেক



*গর্ভনর চিন্তমনি পানিগ্রহীনা আরকেসিএসতা অপেনবা ফোংদোক্তুনা খুৎ শোকনবা , (মতুংদা পণ্ডিট খেলচন্দ্র নোক্তুনা লেপলি )।*

অমা ফাওবা মপানগী মীওইশিংদা লিথোকপা ঙমলক্তবা, ইতিহাস অসি নুংশিজবা মীওই খরতনা নৈনরগসু মথৌ লৈতবা তাহনবা অসিগুম্বা কয়া অসিদগী খুদোংচবা লৌবা হৈবা জাতী কয়ানা মণিপুরগী অশেংবা ইতিহাসকী মরল মথুম কয়াবু উনা উনা মুনগদবগী হোৎনরবা তানফম অসি য়ৌরবা ফাওবদা তরাই তরাইনা ইশা ইশাগীতা খন্দোক্তুনা লৈথোকপা চুমদে। ঐগী ঐগী ঙমজবা থৌনা লিংজেন, মহৈ পুথোক্তুনা লৈবাক্কী ওইবা ঙমজবা খজিক্তংদী কৎথোকপা চুম্বা হায়না মংফাওনবদগী ইশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্তুনা ১৯৮০ অদুব্রাইদগী অখং অহৈশিংগা ব্রারী ব্রাতাই শাব হৌজরকখি।

নিংশিংবীবা য়াই মৈতৈ- শিংদি রেকোর্দ থমগন্দবা জাতীনীনা অমনা অমা হায়, অসিগুম্বা চমম্লবা কয়া অমসু থেংনখি ।

অদুবু লৈবাক্কী ওইনা কৎথোকপা থবক অমা ওইবনা ঐহাক্না চংজখিবা অখং অহৈ পুম্নমকনা তাংলবা লাইরিক কয়া মতেং ওইনা লানথোকপীরকই অসিদসু নত্তনা হৌজিক্কী মীরোলশিংনা উবদা ফংলরোইদবা মমল নাইদ্রবা নিংথৌরোল অমদি ইতিহাসকী ওইবা ফোটো কয়ামরুমসু ফংবা ঙমজখি ।

হন্দক্কী ইতিহাসকী প্রোজেক্ট অসিদা ঐনা খ্বাইদগী ৱাজখিদি অইবা লাইরিকশিংশিদা য়েকনবা ৱারীগী মচাক ফংলগসু মতমদুগী ফীজেৎ, চাকশেৎ, মওং মতৌ মশক অদুদি লাইরিক্তা য়াওরমদবা অসিনী, অদুবু আর্টিস্ট অমগী ৱাখলদগী ফংলীবা মচাক মথুম শিংতনা শাগৎতুনা হোৎনজখি । মীওইবগী থাগৎপা হৈবগী গুন ৱাৎলবা মীওইশিংনদি লাল্লী হায়না কক্কদবগী মরৈ তৌরকপসু থেংনখি । অদুবু চহি ৫, ১০ চংনা নৈনজরকপনিনা খুম্নবগী থৌরাং লৈজখি অমসুং প্রজানা য়েৎলক্কনী হায়বগী অকিবা লৈনা হোৎনজখিবা প্রোজেক্ট ওইবনা অথরিতী ওইরবা লাইরিকতগী ফংবা মচাক খরদং পাইখৎচখিবনি, মসিদা কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা মরম চাদনা য়েৎপিনিংবা লৈরগদি চহি ১০০গী মমাংদা ফোংখ্রবা লাইরিকশিংদুদদি য়েৎপীহৌদ্রগা ঐঙোন্দা য়েৎপীবা তারগদি অইবা অফোংবা লাইরিক পুথোকপীরক্কুনা খঙদবা পুকনিং লৌশিং তাকপীবদা লৌজগনি ।

প্রোজেক্ট অসিনা কোল্লীবা ১৭০৯ ইং হায়বদি গরিবনিৱাজ মহারাজনা পানবাদগী মণিপুরনা ভারত্তা তিনখবা ১৯৪৯ ইং ফাওবতনি । প্রোজেক্ট অসিগী মরী- লৈনবা লাইরিক কয়া নৈনরুবগা আর্টিস্ট অমা ওইনা য়েকনিংবদি য়ামখ্রে অদুবু লোইনমক্তী য়েকপা ঙমফম থোকতবনিনা খরা খরা মরু মরুওইবা ইতিহাসকী থৌদোক ৱাথোকশিং অমদি মণিপুর মচাশিংনা নৈনরুদ্রবদি করিমত্তা খঙবা ঙমলরোইদবা থৌদোক খর অমসুং আটিষ্ট অমগী ৱাখলদগী থোরকপা কলপ্না অৱা অনাগী মরক্তা লেঙশিনবগা লোইন লোইননা নিংথৌরোল খরগী শারম্বা অতেক অকাই ফুরা দলান খরসু মণিপুরগী ইতিহাসকী মগুন হাপ্পদা মতেং ওইগদ্রা খনজরুবদগী খরসু হাপচিনজরে । চাওরাক্না লাই ৭২ রোমনী ।

ইতিহাসকী প্রোজেক্ট অসিগী খ্বাইদগী মরুওইবা তাঙ্কক অমা ওইরিবা Anglo Manipuri War 1891 গী মতাং য়ৌরকপদা মণিপুরগী ইতিহাসকী তৎন থানবা য়াদ্রবা পন্দিৎ তাইবুঙো নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রগী নাক্তা চৎতুনা ৱাহং কয়া মরুম হংজরুবদা পন্দিৎ অসিনা ইতিহাকী প্রোজেক অমা পাইখৎলে হায়বসি তাবদগী হেন্না থোইনা থৱাই হকচাং য়াওবা হৌরকখী অসুম তৌনা লাইরিক মখল কয়া পুথোক্লুনা উৎপীরকখি । খঙজিনজবা য়াবা কয়ানা নোট তৌদুনা পুরকখি অমসুং অতাংবা লাইরিক কয়া চৎথরিবা প্রোজেক্ট অসিগী মতেং ওইনবা পীবিরকই অসিদা নত্তনা মমল য়াম্লবা ইতিহাসকী ওইরবা ফোটোগ্রাফ কয়া অমসুং পীরিকই । পন্দিত অসিদা হংজখিবা ৱাহংদি খজিক্তং তাকপীরকপনা কোঙ্গাই অমনি ।

ঐহাক্কী অসিগুম্বা ইতিহাসকী - প্রোজেক্ট অসি অহানবদা চমমনবা খরা লৈরম্লগসু তাইবুঙোগা খুৎশম্ন না চৎপদগী মাই পাকপা ঙমজবনি হায়বা লাল্লোই ।



*একজিবিসন অদুদা উৎখিবা মহারাজ গরীবিনিৱাজনা বর্ম্মাগী কোংমুদো পেগোদাদা লান্দবগী শক্তম ।*

তাইবুংঙো Khelchandra Padmashri না য়াওবিরমদ্রবদি মপুং ফানা য়েকথোকপা ঙমলমদবসু য়াই । লৈবাক্কী মী ওইবদা ঙাইহাক্তা শংজদ্রবা, থবক্কী থবক প্রোগ্রাম কয়ানা লেংদুনা লৈখ্রবা তাইবুংঙো Khelchandra Padmashri অসিনা তাংলবা মতম মাংবিখিবদু ঐহাক্না শিংঙমদ্রবা লমন তোনজিনজরে হায়বা নত্তনা উপাই লৈজদে । পন্দিৎ অসি মণিপুরগী তাংলবা লন্নী পুন্সি নুংশাংনা হিংদুনা লৈবাক্কী থবক তৌবা ঙমখীবা অমদি খঙদবা কয়াদা লমজিংবিখিবা ওইখিশনু ।

পান্দিৎ অসিদা নত্তনা ৱারি মতাং মতাংগী চংজখিবা অমসুং প্রেজেক অসি ওইনবা হোৎনবদা অঙম অঙম্বা চাওরবা মতেং পীবিরকপা মরুপ মপাং Scholars কয়া অমসু শিংবা ঙমলরোইদবা লমন তোনশিনজরে ।

ঐহাক্কা প্রেজেক্ট অসিগা মরি লৈননা চংজখিবা মরুপ মপাংশিংনা মতেং পীবিরকপা অদুদগী হৌনা প্রোজেক্ট অসি মাই পাকপা ঙম্লগনি হায়বগী থাজবদি থম্বা হৌখ্রবনি । মীয়ামগী সহযোক ফংজদুনা প্রোজেক্ট অসি লোইরবা মতুংদা মীয়াম মমাংদা কৎথোকপা অমা ওইনা উৎথোকনবগী থৌরাং তৌবা হৌরকপা মতমদা অপনবা কয়া অমা থেংনখী, অদুবু লৈবাক্কী ওইবা কৎথোকপা দান ওইরুবনা মণিপুর ষ্টেট কলা অকাদমীগী Chairman, Vice Chairman অমসুং Secretary না উথোকন্নবা অকাদমী অসিগী হান্না লৈজবা Solo exhibition গী programme মখাদা থৌরাং অমা য়াম্না কন্না থৌৰাই হকচাং য়াওনা হোৎনবীদগী প্রোজেক্ট অসিগী মথৰাই হাপ্পীরে, Akademi অসিগী Secretary অসিদা নত্তনা মরী লৈনবা অকাদমী অসিগী Staff শিংসু থৰাই য়াওবিবদগী ঙসি মীয়াম মমাংদা লাম্হোকপা ঙমজবনি ।

মীয়াম্না নিংশিংবিবা য়াবদি অকাদমী অসি পুরক্নবা হোৎনবদা (demand committee) fine art wing গী representative অমা ওইনা ইশামক্না সহি কয়া তৌদুনা হোৎনজখীবা অদুগী লমন অদু ঙসি অকাদমী অসিনা শিংবিরে হায়না লৌজরগে ।

History project অসিগী লাইশিং অসি মীয়ামদা ৰারী মতাং মতাংগী ওইনা লীদুনা লৈবগী মহুৎতা অইবা ৰারিনা লীথোকপনা, অয়েংবশিংদা খরা থুগদ্রা, ফগদরা খনজবদগী ঐগী ইনাও Chongtham Manihar না মাগী তাংলবা মতম কয়া কাইথোকপীদুনা ফজরবা ৰাহে ৰাত্তো কয়ানা লৈতেংদুনা ইংগ্রাজী লোন্দা হন্দোকপীরক্তুনা মীয়ামদা জ্ঞান তাহনবদা চাওরবা মতেং অমা পংবিরকপা অসিদা মমল য়ামলবা ইনাও অসিগী মফমদসু হন্না হন্না থাগৎচরী অমসুং শিঙমলরোইদবা লমন তোনশিনজরে।

**আর কে সি এস**

(প্রোজেক্ট অসগী অয়েকপা কলাকার )

**Exhibition of Historical Paintings of Manipur,**

*Sponsored by*

Manipur State Kala Academi, 11-19 June,90

□□□

## AN ADDRESS BY RKCS

All India Fine Arts Exhibition
Tezpur, Assam - 1987



আর্ট একজিবিসনদু শঙ্গাবদা ওর্গনাইজিং কম্মিটিগা আরকেসিএসকা পুন্না ফোটো নমিন্নবা
( য়েৎলোমদগী অনিশুবা শ্রী বৃন্দবণ গোস্বমী, ইডুকেসন মিণিষ্টর, ওইরোমদগী অনিশুবা আরকেসিএস )

Honourable Education Minister,

Respected Chairman, Artist, Distinguished Scholars Ladies and Gentlemen

I am very glad to be with you here and I am very thankful to the organisers for giving me a chance to say something before this auspicious gathering.

First of all I would like to appreciate those who are engaged in the movement of art in our North-East Region. Because, we have much room for the development of art as

well as bring better understanding among different groups of people. I have a conviction to believe that painting art will positively help the concept emotional integration and social harmony.

Now I would like to express view on fine art. I am not going to cover all those art forms of expression prevalent in different countries at different ages. I would like to confine the scope of discussion to Indian painting and that of the North-East.



আর্ট একজিবিসনদুর় শিনাখিবা চিত্রকলা পরিষদকী নহারোলশিংগা আরকেসিএসকা ফোটো নম্মিন্নবা ।

It seems that Indian artists at present are very much inclined to the so-called "Modern Art". Modern art in Europe is an outcome of Pychological processes. Artists wanted to astray from the camera and searched out a means for a new form of expression involving complexities of life. I was further tinted with cross-current ideals and technic. It has been given more chance of expression than all other paraphernalias of

forms and skill of paintings.

Nobody can deny as yet that a painting is a product of concept and skill. In absence of skill every individual can be regarded as an artist. However every body is not ready to call himself or herself an artist. Now-adays, artists of this generation, seem to have forgotten the purity, chartity, reality of forms and colour harmony of the renaissance period. However in Europe artists are not devoid of the knowledge of Renaissance Paintings.

Now, let us come to Indian context. Indian artists are believed to be much lacking in the foundation knowledge of the renaissance period or reality of painting. No person can become an artist without possessing the knowledge of the foundation of painting. Greater number of artists are found to have worked in modern art which is very often less appealing. It seems that it cannot claim the mass appreciation. It is really and"experiment" subject to change and loose foothold.

Therefore, I would like to appeal to all the artists of Nort-East India to engage themselves in realistic paintings first. Because it has a direct link with the society. Beauty is there where there is flesh and blood. Beauty cannot be separated from flesh and blood that is the medium. If an artist tries to project beauty or piece of art based on necessity or expression only, the work of art will fail in its aim and purpose.

A Realistic painting is more impressive and has the time serving capacity. Now I would like to give a conclusive opinion that only the modern art or abstract art should not claim to be the fine Art. We better say that modern art is also

a medium of expression . It should not over shadow the field of realistic painting. Realistic painting is the very basis of art. So, we are to work on the basis of that basis.

Let us have a movement for the development of art and painting in this part of the country.

***Thank you***

**Address by RKCS**
from Manipur

আর্ট একজিবিসন্দুনা আর.কে.সিএসনা ভজ ওইখি ।

❑❑❑

# ফাইন আর্ট কদায়বু কৌবগে ? অমসুং মণিপুরদা আর্টকী ঈহৌ

আর কে সি এস

মণিপুরদা আর্ট মুভমেন্ট হায়না হৌজিক কন্না চৎথরক্লিবা অসি মরুওইবা মোর্ডন আর্ট মুভমেন্টনী হায়নরী, মসিগী মতাংদা ঐগী মোদ ওইনা পীবা তারবদি ... ভারতনা নিংতম্লবা মতুং কাইনথংদা ইকুই কুইদ্রিবা ওইনা দিল্লী, কলকতা, বোমবে রোমদা কন্না হৌদোকনরকই। থাংঙৈ শেংনা হায়রবদি ভারতকী ওইবা কলা নত্তে নোংচুপ লোমদগী (ইউরোপতগী) শন্দোরকপা অচৌবা অহোংবা ইহৌ অমনি। অদুবু ইহৌ অনৌবা অসি


Rodin না শারম্বা

পৃথিবী শিন্থুংনা শন্দোকখ্রে হায়ব তাই তৌইগুম্বসুং মোর্ডন আর্ট অসিতরা মফম পুম্নমক্তা তৌনরকলিবা হংবা য়াবা ৱাফমনি, অহোংবগী শক্তমদা অনৌবা ৱাখল Human form of Presentation হোংলক্লুনা ইউরোপকী কালাকার কয়ানা অমানবী Realistic form দগী মোর্ডন এক্সপ্রেসন হৌদোকন্দুনা রির্মাকেবল ওইনা থমলম্লবা হোৎনবা হৌনরকখি। পনবা তারবদা প্রমাণ ওইনা Rodin (1840-1917) পনবদা মতিক চারবা কলাকার অমনি (Louvre Classical Gallary, Paris) মহাক মরুওইনা য়েকপদগী শাবনা হেন্না থৌৱাই য়াওনা Remarkable Achievement কয়া শাদুনা Paris দা থমলমই, মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শাবদা য়াম্না পামলম্বনা Realism (Dramatical Theme) কয়াদা মীওইবগী খেন্নরবা ফোর্ম কয়ানা পুনশিন্দুনা শাবা কয়া লৈরি। য়েংলুবদা মীয়াম অদুগী য়ানিংদবা কাচিন কোইয়া ফাওবদা অমত্তা লৈতে ৱাংতে। অহোংবা মখল কয়াগী অমানবা মওংনী অদুবু মমৈথংদা অহল ওইরকলবদা Anatomy মক্তী

থুগাইদবা মোর্ডন ফোর্মগী আর্টতা চৎথরক্কুনা খমথেংবা মোর্ডনগী মপুং ফাবা শক্তমগী Sculpture কয়া শারম্মী, য়াম্না ফজবা য়াওরী খন্ন- নৈনবা কান্নগনি, অমসুং ফিদমনিঙাই ঙাক্তনি ।


Picasso না য়েকলম্বা পোর্ট্রেৎ অমা ।

মথংদা Picasso কলাকার অসি ৱাল্ডিগী য়াম্না ফাওবা মোর্ডন আর্ট কলাকারনী অদুবু য়েকপদগী মীওই ওইনা খঙনৈ, শাবা হৈরম্বা য়াই, মনা শাবসু উজখ্রে অদুবু " Picasso's Picasso" হায়বা লাইরিক্তা য়েকপনা মরুওইনা তৌই । ময়াম্না য়াম্না শিংথানরী মরম অসিদগী ভারত্তা তৌনরকপরা নত্রগা মতৌ তমদুনা ফাওন্নবা হোৎনরকপা মখল অমরা হংনিংই । F.M. Hussein সু অমা ওইরম্বা য়াই

মহাকসু ভারত্তা য়াম্না ফাওই, অদুবু মতাং অসিদা হায়জনিংই ঙসি ভারতা মরুওইনা দিল্লীদা Abstract, Modern Art কয়া উৎলিবসি করম্বা মখলগী আর্টনো, করম্না য়েংগদৌরিবনো চম্মনবা পোকই, ভাব তাহনদ্রে, Appreciator শিংনা পংথাদা থাগৎনৈ করি অমত্তা মান্দ্রবসু পংফদা ফজরে হায়বা অসিসু খননবা য়াবা মতাংনি । হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা আর্ট অসি চহি ৫০ গী মতুংদা চৎনরক্তবসু য়ারি, চৎনরকখিগদ্রা? হংনিঙাইনি ফোর্ম অমতা য়াওদ্রবা চমমনরবা য়েংফম খংদ্রবা অমদি মান্দ্রগা অমদি থিরগদা ফজবা আর্ট অসিবু তমলুদ্রবসু য়ারে, মীপুম খুদিং য়েকপা হৈনরবা মখল অমা ওইনরকপনা .........। অদুবু Critics and Modern appriciator শিংনা য়েংবিরিবা অসি কলাকার অদুগী পুক্লিংগী Concept খংবা ঙম্বা X-ray eye গুম্বা অমা য়াওনা উবিবা- জাৎলা ? হংজরিবনি । মসি ভারতকী

মোর্ডন আর্টপুনি । মতাং অসিদা হায়জনিংবদি ভারতকী আর্ট মুভেমন্ট অসি পৃথিবীগী চৎনরক্লিবা আর্টকী ইহৌগা য়াম্না খেন্নরবরা অসিনি, Picasso the 2nd, Hussein the 2nd হায়না মথং মথং ফাওবদি তৌরক্তে মরম অসিদগী ইউরোপকী কলা পুম্নমক্কী Century কয়া নৈনরুরগা ভারতকী ইহৌগা য়াম্না খেন্নে । The Art হায়বা অসিমকসু অসুম্না খংনৈ Architecture, Sculpture, Painting মখল অহুম অসি পুল্লগা Art কী মপুং ফাবা শকতমনি হায়না খঙনরী, অদুতা নত্তনা পৃথিবীগী ওইনা আর্টকী হৌরকফম অমদি নৈনফম অসি Europe না সেন্তরনী হায়না London গী Publication শিংনা হায়রী।

মতাং অসিদা ভারতনা শোৎথহৌরবা থবক কয়া নৈনদুনা য়েংসি ! Renaisance Peroid কী ফজখ্রবা Realism, Perspective, Proportion, Anatomy দা Scientifically নৈনদুনা, 11th century কী মমৈদগী 18th Century ফাওবদা নৈনরম্বা অদুবু করম্না হুন্দোকলমদুনা মোর্ডন, এবষ্ট্রেক অমদি ইমপ্রেসনিজমদা হৌনরকলিবা ! খঙজনিংই, পিকাশোগী মমাংদগী অতৈ সিজানী, গিওতোনচিংবা কয়ানা হৌদোকলমলবসু পিকাশোনা Success ওইনা ফাওখি । মশিমক্তি পৃথিবীগী ক্রিতিকস খরগী মোৎতদি কেমেরা থোরকপদগী Perspective অমদি Realism অসি য়েকপনা তানবা য়ারবোই কিরুবদগী আর্টস্টশিংগী কনসেপ উৎনবা অমদি ফোংদোকনবা হোৎনবদা হোংলকপা অচৌবা ইহৌ অমনি হায়নিংই । হায়বা য়াই মসি some source of experimental art নি, ওইরম্বা য়াই । অদুবু ভারতকী মফম অয়াম্বদা ললিৎ কালা একাদেমী লৈরকলবদা আর্ট মুভেমন্ট কন্না চৎথরকপা হৌরকখিবগা লোইননা র্জনেল, মেগাজিন কয়াদা ক্রিতিকস কয়ানা মখোয় মখোয়গী মোত ইনরকলী, লোইনা লোইননা মণিপুরদসু ষ্টেত কালা একাদেমী লাক্লে, আর্ট মুভেমন্ট কন্না নহারোল আর্টিস্ট কয়ানা হৌনরক্লে, State Level exhibition তৎতনা উৎপা অমদি প্রাইজ এৱার্ড কয়া পীবনচিংবা চৎথরক্লে...... Exhibition অয়াম্বদা মোর্ডন আর্ট হায়বদি Abstract, Impressionism না অয়াম্বা চৎথনরক্লি, মসিসু থিংবা য়ারোইদবা Modernism নি মতমগা চান্নবনি। Internationlism হায়রবসু

য়াই। মোর্ডন মখল অসিগীসু ফজবা য়াম্না লৈ মফম চানা শিজিন্নবা হৈদুনা (মফম মতাং) অচৌবা বিল্ডিং ফাওবদা Decoration ওইনা শিঞ্জিনবা উন্নরক্লে, অচৌবা Capitalist, Industrialist, corporate office শিংগী অচৌবা য়ুমগী মনুংদা মফম চানা লৈতেং তৌদুনা মোর্ডন পেনটিং কয়া থেৎনরক্লে। নোংচুপকী অচৌবা সহর কয়াদা অচৌবা Public Building কয়াগী মমাংদা Modern Statue কয়া Sculpture নচিংবা কয়াসু লৈতেং তৌদুনা থমনরে।



*Vatican দা লৈবা Sistine Chapel গী Michelangelo না য়েকলম্বা*
***"The Last Judgement "***

মতাং অসিদা অমুক্কা পনজিংবদি রোদিনগুম্বা কলাকারনা পাংথোকখ্রবা Realistic Monument কয়াদগী অসুম অসুম মোর্ডনদা পুথরক্কুনা মমৈথংদা পুরা মোর্ডন ওইরক্লিবা খন্নবা য়াবা তমজনিঙাইনি। অদুবু Society গী ওইনদি মোর্ডনদগী Realistic art না য়াম্না হেন্না পামনৈ হায়জনিংই। মরুওইনা রিনাইসেনসকী মতমগী Realistic কী মগুন খরা রিফর তৌজগে "Michelangelo" গী (1425-52 Florence) Bronze গী গেট ওফ পেরাদাজ কুপনা দিটেল য়াওনা ফজবা রিলিফনি, Rome দা (1st Peroid) Renaissance merging into baroque কী Architecture ফুরা দলাল কয়াদা কলাকার অসিনা য়েকপদা নত্তনা শাবদনা হেন্না ফাওরম্মী, Architect অমসু ওইরম্মী। মশাগী চহি ৭০ রোম শুরক্লবদা ফুট ৪৩০ ৱাংবা চাওরবা ডোমনচিংবা রোমগী পৃথিবী খৃষ্টিয়ান ৱান্ডিগী Remarkable Gigantic ওইরবা অচৌ অচৌবা রোমগী শীংথানরীবা Architecture কয়াসু মহাক্কী নোমুনানী অমসুং মহাক্কী হৈশিংবা কয়া উৎতুনা হৌজিক ফাওবা লৈরি। St. Peter's গী অচৌবা Churchসু শিংথানবা য়াই। Michelangelo লায় য়েকপদা নত্তে আর্টকী মগুন পুম্বা য়াওরম্নবা পৃথিবীনা শিংথানবদা মতিক চপ চারবনি।

Sculptor, Painter অমদি Architect অমনি। Statue, Sculpture দা শিংথানবা য়ারবা খরদি "Statue of Moses " ( 1513-1516) Rome, The "Pieta" (Rome) অসিনি। Artist শিংগী তৌবা ঙম্বা মথৌশিংগী মরুওইবা সেন্তর অমা ওইরম্মী। The florence became the chief centre of artistic activity and the spirit of the early renaisance combine studied in the works of the sculpture,


Michelangelo না শারম্বা
"Madona and Child "

Architecture and painting অসিনী । অদুনদি - রিনাইসেন্স যুগতা কলাকারশিংনা লৌরম্বা অঙকপা থৌদাং কয়া নিংথৌ অমদি সরকারনা য়োকখৎতুনা মরুওইবা ইতিহাসকী লেংদ্রবা খুদম কয়া থমলম্লবা হোৎনরম্বশিং অদুগুম্মা হৌজিক্তগী সরকারশিংনা হোৎনরিবরা? কলাকারশিংনা কান্নবা ফংলিবরা হংনিঙাই অমনি । মতাং অসিদা হায়জনিংই অরিবা যুগতা নিংথৌশিংগী মোনার্কিজম পাৱারশিংনা অঙম্বা মখৈ হোৎনদুনা Historical monument কয়া থম্নরম্বদগী আর্টতা Strech য়াম্না পিশিন্দুনা হোৎনরম্বগী খুদমনী অদুমক্তা ইউরোপনা খ্বাইদগী ৱাংনা চাওখৎলম্বগী খুদম কয়া ঐখোয়না উবা ফংনবতা নত্তনা ইতিহাসকী ময়েক লারবা অমসু ওইরি অদুতা নত্তনা ফিদম্নবগী তমজনিংই ওইরিবনি । মতম অদুদা ইউরোপিয়ানশিংনা অলেম্বা অমদি চাওখৎপা High Civilization লৈরম্বা উৎনবা তান্নবগুম্মা তৌনরকখি । হৌজিক রুশিয়া নৌনা কন্না চাওখৎলক্লী Europian Renaissance কী মতমদা তৌবগুম্না অনৌ নৌবা চাওর চাওরবা Statue কয়া শাবা হৌরকলে ।

2nd Renaissance in France, Paris দনি 1st renaissance না Rome দগী হৌরকলবসু 2nd renaissance তী Paris দনী, খ্বাইদগী ময়েক লানা চাওখৎপা নৈনবনি হায়বা য়াই, অমসুং পনবা য়াবদি - Paris দা Donatello ( 1386-1466) No. 2 Filippo Brunelleschi ( 1379-1446) No.3 Masccio (1401-28) These three brought new life in to every branch of art and shared a great admiration for the antique, combining this with a close study of natural appearance and a scientific approch to the problem of human form and proportion অসিনি ।

Donatello worked in marble, bronze and teeracotta he express a wide range of human emotions (The Arts) অসুম্না ফ্রান্সদা খেন্ন খেন্নবা Human form কয়া উৎলী । Ancient মতমগী

Camera লৈত্রিঙৈগী Greek, Rome, Paris, England, Spain, Germanগুম্বা মরুওইরমই । হৌজিক্কী যুগতদি অয়াম্বনা চাওখৎনরকপনা মাগী মাগী ওইবা তৌবা ঙম্বা শক্তিদা থাক ৱাংনা চাওখৎনরকপনা কনানা অমদি করম্বা দেশনা পেনটিং অমদি শাবদা চাওখৎলীবগে হংবা য়ারকতেরে, রুশিয়াশু অঙকপা ফংনা চাওখৎলকলে, খুম্বসু লুরবা মতমনি ।

মতাং অসিদা পনজনিংবদি, মণিপুরগী লাইরিক লাইশু হৈরবা খরনা ঐঙোন্দা য়াম্না হংখীবা য়াওখি - পৃথিবীদা খ্বাইদগী ফাওবা আর্টস্ট কনানো ? ৱাহং অসি মহাক্কী আর্টিস্ট অমনিনা খংলম্বা য়াই খন্দুনা চুম্নতা হংলম্বা য়াই । ঐনা খুমখি - পৃথিবীদা খ্বাইদগী ফাওবা আর্টিস হায়বা লৈফম থোক্তে, মরমদি পৃথিবীগী অচৌবা Great master শিং অসি মাগী মাগী বিষয় অমমমদা য়েকপা, শাবদা অচৌবা ফিদমনিংঙাই ওইরবা ৱার্ক কয়া লৈনদুনা মমিং চৎনরিবনি । মতম মতমগী ওইবা Contemporary artist তা নত্তনা খেন্ন খেন্নবা যুগ কয়াগী আর্টিস্ট চামরি- চামঙাগী Dictionary of Painting লৈরে ...... অদুবু মানা মহেল্লে হায়বদি লৈত্রি, অসুম্না খুমখী ।

ভারত্তদি য়াম্না লুবা অমা লৈ, আর্টকী Scholar নত্তনা চুম্নগী General Education গী M.A.গুম্বা অমদি লাইরিক্তা কনাগুম্বা অথর অমনা আর্টিস ১-২গী মীং Quoteতৌদুনা হাপলম্বা খরবু খ্বাইদগী ফাওরবগুমসু লৌনরম্মী।

খুদম ওইনা The Monalisa" of Leonardo da Vinci, Michelangelo অসিগুম্বা খরবু refer তৌনরমই, অদুবু মতাং অসিদা হায়নিংবদি লাইরিক অদুগী অথরশিংনা খুদম ওইনা চুম্নতা অফাওবা খরতগী মমিং প্রমাণ ওইনা হাপলম্বা য়াই । হৌজিক্কী পৃথিবীগী অফাওবা Great Master শিংগী তোখাই তোখাইনা মখোয়গী থবকশিং উৎতুনা Colour plate ( Photograph) কয়া য়াওবা লাইরিক য়াম্না লৈরে । অমুকসু ইউরোপিয়ানশিংগী ঐখোয়না তম্বদা ঙমলরোইদবা Remarkable Monument কয়াসু লৈরি - মখোয়শিংদুগী মনুংদা The Statue of " Liberty" Bedloe's Island দা লৈরিবা অসি পৃথিবীগী শিংথানবা য়ারবা অমনি New York harbour চংবদা সোইদনা উদুনতা লৈরবা Statue নি,



Liberty Statue শারিভৈগী শক্তম ।

ফ্রেঞ্চ মচানা দেজাইন তৌদুনা শারম্বনী (১৮৮৬-১৯২৪) কালাকারদি "Alsatian Sculptor, Faderic Auguste Bortholdi" কৌই, ১বা মোডেল ফুট ৯ ৱাংই, ২শুবদা enlarge অমুক তৌই ৩৬' ৱাংই, অসুম্না অরোইবদা ফুট ১৫২ ৱাংনা য়োৎকী অকনবা Structure দা ব্রোঞ্জনা শাবনী ফুট ১৫৩ ৱাংনা plint অমগী মথক্তা থমদুনা পুন্না ফুট ৩০৫ ৱাংবনি । মসিমক ফ্রেঞ্চ মচাশিংগী অমেরিকাদা তৌবিমল উৎপা হৈশিংবা উৎপা খুদোল ওইনা থমলম্বনি । Monument made by man হায়না Egyptian অমসুং গ্রিককী আর্ট ৱার্ক কয়া অমসু 2000 BC, 1000 BC গী লৈরি ময়াম্না খংনরি ।

ভারতকী অমুক য়েংসি - ভারতকী অরিবা যুগকী ময়াম্না তোইনা পন্নরিবা Mohenjodaro, Harrapa নী অদুবু ময়েক য়াম্না লানা খংবদি ৱারে Ajanta Cave শিংথানবা য়াবা চহি লিশিং ২ - ৩গী মমাংগী ঙাক্তনি, অদুগা ঐনা অমা রিফর তৌজনিংই মদুদি বি.সি.গী ৱানি Alexander the Great না ভারত্তা য়ৌরকলম্বগী মতুং চহি ১০০ চাম্মরোম কোন্না "Indian School of Arts" লিংখৎলমলে ভারত তনী মদুগী খুদম ওইনা পীবা তারবদি

Gandhra কৌবা সহরদা হৌজিক্কা আফগাননিষ্টান হায়না খংনরিবা অসিদা Sculpture, Relief style নুংগী Marble কয়া অমসুং লৈরি Statue, Sculpture শিং অসি বুধগী মরী লৈনবা ঙাক্তনি । গ্রিককী কলাকারশিংনা শারম্বনি, ভারতকী অরিবা যুগকী Sculpture শিংগা য়াম্না খেন্নে । Gandhra গী Sculpture শিংনা নোংচুপকী মতম অদুগী গ্রিককী মমি তাবা Realism দা খরা নৈনরম্বগী খুদমনি । মতম অদুদগী অদুম ভারতকী লৈজরম্বগা নোংচুপকী চাওখৎলবা কলাগী থবক্কা তিন্নদুনা ফজবা চাওখৎপা কয়া লৈরম্বা য়ারম্বনি অদুবু লাইবক থিবদি খৃঃ মমাংদগী ১২০০ এ:দি: ফাওবদি মতম কুইনা তৎতুনা অমদি লৈরমদবাদৌনা লাকখি । মসিগী ওইবা য়াবা মরম খরদি ভারত, তোখাই তোখাইবা জাতি তোখাই তোখাইবা লোন কয়া লৈরম্বনা (stock) তিন্নরমদবা নিংথৌরোল কয়ানা লম মুন্নবা পাম্বগী লাল কয়া কয়া তৌনবদা অঙম্বশিংনা লম লমগী লৈজরম্বা কয়া মাং তাক্নবা তৌনরম্বা অমদি তোখাই তোখাইবা ধর্ম্ম কয়াগী নিংথৌশিংনা Sectorian ওইনরম্বগা নিংথৌরোলশিং অদুনা আর্টকী মুভেমন্ট অসিদা কন্না কন্না থৱাই য়াওনা strech পীশিনবা ঙমলমদবদগী ওইরম্বা য়াই । মতম অদুগী প্রজাশিংনা হৈবা ৱাৎপগা পারমিনেন্ত ওইবা থবক্তা কন্না থম্বা ঙমলমদবদগী ওইরম্বসু য়াই ।

মতাং অসিদা হায়জনিংবদি - মোগোল লাক্লবা ফাওবা হিন্দুগী লাইশিং কয়া মাংহনলম্মী .. অদুবু সাহেপশিং ইংলিস মচাশিংনা ভারত লৌরবকান্দদি Mughal Architecture শিং অমদি হিন্দুগী লাইশং, নিংথৌরোলশিংগী মাংহলমদে মসিনা তাকপদি বৃটিশ মচাশিং অসিনা থম্মোই চাওবা য়াম্না হেল্লী হায়বগা নত্তনা আর্টকী মগুন Architecture গী মগুনবু য়াম্না খঙবা হেল্লী হায়নিংই । অসিমক্লনি - ইংলিস মচাশিংনা পৃথিবী পুম্নমক পালম্বতা নত্তনা লোন ফাওবা International Link Language ওইরমলীবা !।

ভারতকী ওইনা পনবা তারবদি .... ১১০০ এ.দি অদুৱাইদগী Historical monument হায়গদ্রা লাইশং (ফুরা দলাল) না অয়াম্বনী ময়াম্না হেন্না খঙনরিবা অদুমঙাই ... য়েকপগী ওইনদি নিংথিজনা চাওখৎলম্বগী

খুদম উদ্রবসু Architectureওইনা ভারতকী ওইবা Own design নোমুনাদা শাজবা অরিবা Palacial Building লাইশং মন্দির কয়ামুক লৈরি, Sculpture কয়ানা লৈরোং কয়ানা Relief য়াম্না লৈতেংবা মখল ঙাক্তনি, খা ভারত, রাজস্থান অমদি অয়াম্বা নোংচুপ ভারতকী মধ্য ভারত তনা হেল্লী, নোংপোক্তা হায়বা তারগনা পুরীগী জগনাথকী মন্দিরকী মন্দিরনচিংবা অসিনি - অদুবু শারমলীবা লাইশিং লৈরোংনা থল্লবা ময়াম অদু Realistic ওইবা য়াম্না ৱাংলী চিংলেমনা তমনিঙাই ওইবা Anatomy, Form নচিংবাদি ওইফাত্তে, নোংচুপকা চাংদমনবদা য়ামনা ৱাংলী মদুদা উৎলম্বা হায়ববু য়াম্না কুইনা চংলম্বা য়াবা অদুবদি থাগৎনিঙাইনী, মতম অদুগী ইউরোপকী Renaissance মতমগা চাংদমনবা তাবনী । চাংদমনরুবদা য়াম্না খেন্নরে, মখোয়গীনা ফিদমনিঙাই ওইবা ঙাক্তা হৌজিক ফাওবদা ভারতকুম্বা চাওখৎলক্লিবা লৈবাকনা তম্বা ফাওবা ৱারগদবা ঙাক্তনি । ভারতকী অরিবা Architecture শিং অসিবুসু ফোরেন্নর কয়ানা য়েংবা অমদি Study তৌবা য়াম্না লাক্লরী।

হংবা য়াই ভারত্তা করিগী চাওখৎপা ৱাংলমলিবনো ? মরম কয়ামুক লৈরমবা য়াই, নিংথৌশিংগী Patronage ৱাৎপনরা ? ১৫০০ এ.দি. অদুৱাইদগী নিংথৌশিংগী ওইবা Rajsthan, Jaipur, Mewar অতৈ খরসু Mughal গী Style গা তোৎনবা কোনুং কয়াসু লৈরি । অসুম চৎথরক্তুনা মোগোল লাকলব ফাওবদা ভারতকী মওং অমদা অদুম মাল্লকই । মোগোলগী মতমদা পৃথিবী শিনথুংনা ফাওরিবা জগৎনা থাগৎনরিবা মোগোল architecture কয়া লৈরী "Tajmahal" অমনি Red Fort, Akbar's Shikery, Qutab Minar নচিংবা আগ্রা, দেল্লীদা লৈরি মসজিদনচিংবা মখোয়শিংশিশু Mughal গী Credit, Achievement ঙাক্তনি হিন্দুগী নত্তে হায়নিংলোইদ্রা ? অমনা য়েকপা শাবগী কলাদসু য়াওরমদে হায়বা তাবনি ।

চাংদম্নবা তারগনা - Europe কী Capital সহর পুম্নমক্তা মরুওইনবা England, Spain, German দা লৈবা আর্ট গেলরি কয়াদ উৎলিবা লাইশিং

মরুওইনা নৈননিঙাই ঙাক্তনি, আর্টিস্টশিংগী মমিং খরা John Constable, Rodin, William Orpan, Leonardo da Vinci, Goya, Holman hunt, Rubens, Picasso



John Constable না য়েকলম্বা Landscape অমা

অসিনচিংবা, অতৈ কয়াদি চিনফা পুবা ঙমদ্রবা Master artist কয়াগী তমজনিঙাই গেলরি কয়াদা লৈরি, An architecture, decorated with 2000 - Sculptures and Cathedral largest Church in the World so far মিলনগী ( ইতালী) Cathedral পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাওরবা চর্চসনি, চহি ৪০০ চামরী চংনা নিংথৌরোল কয়ানা শারম্বনী লাইগী মূর্তি অশাবা লিশিং ২ দগী হেন্না য়াওবনী মসিনা তাকপদি অঙনবা নিংথৌশিংনা হৌগৎলম্বা প্রোজেক্ট অমবু মথং মথং মতুংদা পাল্লকলীবা নিংথৌরোলশিংনা ব্যেবহারগা লোইনা অদুম চৎথনবা অসিনমক্তনা ইউরোপকী কলাবু পৃথিবীনা তম্বা ঙম্নদ্রিবনি হায়নিংই । ইউ এস এ না খ্বাইদগী চাওখৎখ্রীবা অসিসু ইউরোপীয়ান ময়াম্না চৎখ্রগা শেমগৎখীবনী ইউএসএদা চহি ৩০০ লোমতগী মতমদা র্সগ পক্লা ব্রাংলবা বিল্ডিং কয়া, কিরবা থোং কয়া লৈখ্রবদসু মশিং থিঙমদনা শানখ্রবদসু ভারতকী ওইনদি আর্টকী লমদদি য়াম্না শোৎথহৌরে হায়জনিংই । Western Country শিংদা চৎতুনা তমনিঙাই য়াম্না লৈরী, তম্মুরবা ফাওবদা হৈগনি অমদি ঙমগনি থাজদ্রবা থবক কয়া লৈরী। ভারতকী মনুংদা Abstract Art Modern খরা তম্মুরগা ফাওনবনি হোৎনবা অসিতনদি সমাজগী দরকার ওইবা পুম্নমক ফুল ফিল তৌবা ঙমগনি থাজফাৎতে।

মমৈ থংদা বৃটিশনা ভারত লৌখ্রবদা বৃটিশনা মখোয়গী Dominion country কয়াদা Europe কী 3rd Renaissance অমদি classical revival গী শক্তম ওইনা মফম কয়াদা শন্দোকখি । মদুগী শরুক খরা ওইনা ভারততসু Victoria memorial Hall - Calcutta, Rastrapati Bhavan- Delhi

& Parliament House, Governor শিংগী Bhavan অমদি শিদোকখ্রবা University-Calcutta অসিগুম্বা কয়া European Classic style ঙাক্তনি, হান্নদি নোংচুপকী মমি তারমদে হায়নিংই । Architecture দা নত্তনা মনুংদা মপান্দা লাই অশাবা Bronze গী Marble গী কয়াসু য়াওরী, লাই ওইনা য়েকপা কয়া অমসু লৈরি । Indian History গী Painting ফাওবা য়াওবা উই । মখোয়শিং অসিসু বিটিশকী credit নী ভারতকী ওইজরবসু British কী achievement ঙাক্তনি ।

বৃটিশকী মতমদা ইউরোপ অমদি London দা ভারত মচা কয়া থাদুনা British India গী building শিংদা থেৎনবা লাই কয়া য়েকনবা তম্বা থাবা হৌরমলে। মরম অদুদগী Realistic Arts, Statue নচিংবা শাবা ইংলিস মচা কয়াসু লাক্কুনা ভারততসু ইউরোপপিয়ানগী Realism গী influence কন্না চংলক্কুনা য়াম্না চাওখৎলকপা হৌরক্লে মফম খরদদি ইংলিস মচানা শাবা Statue কয়ামুক Public Park কয়াদা মফম চানা খিন্দুনা লৈরি মতাং অসিদা পনবা য়াবদি (1800 A.D. অদুব্রাইদগী কন্না হৌরকখিবনি) Modern artist at work হায়বগী মতাংদা realistic ওইনা Artist " Mr. Leonard Jenning কৌবা ইংলিস মচা অমনা ভারত সরকারগী Statue অমা শারম্মী "The Late King George V" কী ফুট ১৬ ৱাংবা Sculpture নুংগী অমা শারমই, য়াম্না Realism গী অমানবীনী ।

মণিপুরদসু English Painting খর হৌজিক্কী Governor Bhawan দা C. Gimson গী মতম ফাওবদা Oil Colour on Canvas থেৎলম্মী ইমিৎমক্কা উজহৌই size 10'x8' approx.ঙরাংতনী ১৯৪৬, অসিগুম্না ভারত্তসু সহেপ মচাশিংনা তম্বীদুনা Western ArtsTechnical Skill, Scientific Study নচিংবা কন্না- চংলক্কুনা য়েকপা, শাবা অনি পুন্না চৎথরকপা হৌরকখি ।

হৌজিকসু অদুগুম্বা ভারত্তা অহৈবা য়াম্না লৈরম্বা য়াই অমসুং অহৈবা কয়াবু শিংথানবিদনা লৈরম্বা য়ারি হায়নিংই, মরমদি - ভারতনা নিংতমলবা মতুং কাইনথংদা ললিত কলা একাদেমী থোরকপদগী ইহৌ অমা হোংখ্রবগুম উরে হায়বা য়ারে Last or 4th renaissanceগুম্না traditional ওইনা চৎথরকপা য়াবা কয়া অদু খংথৎ থদৎতুনা (Sudden Stop) ওইনা তৌরগা

হৌজিক হৌজিক Modern, Abstract, Impressinism Art ঙাক্তগী মীওইনা অয়াম্বা ওইনা তৌরে । মতাং অসিদা হংনিংবা অমদি পোকই ।

করিগীনো ললিত কলা একাদেমীনা Abstract তদা অসুক য়াম্না কন্না Stress পীশিল্লীবনো ? Art World অসিবু Modern তদা ওইহননিংলীবা অসি করিগৌনো? মসিনা সমাজদা কয়াম্না কান্নবা পুরকলীবরা অমদি কালাকারশিংনা করি কান্নরিবা ? নত্রগা অরুবা নোংচুপকী ময়াম অদু অমুক তমদুনা মতম মাংহনবা য়াদ্রে খন্দুনা অমদি তম্বদসু ৱারগদবা অদু চৎনদ্রে, খ্বাইদগী শমনা মতম চংদনা পুথোকপা য়াবা, মী পুম্নমকনসু তমদ্রবসু ঙম্বা মাইকৈ অসিনা চুম্মী হায়রিবরা হংনিংবা পোকই ।

মতাং অসিদা appreciator অমদি Critics শিংগী মোৎ লৌজনিংই । Local critics শিংনা হায়রকপা য়াই, Phylosophical theme য়াম্না ফজবা পোৎ অদু ফোর্ম অচুম্বা ওইনা উদ্রবসু ভাবনা মানবা তম্বনী ময়াম্না খঙদবননী অসিনি । অদু ওইরবদি আর্টিস্ট অমনা মাগী পুকনিংগী ওইবা concept অদু মহাক্কী technical skill না form অদু উৎপা ঙমদ্রবদি অয়েংবা মীনা খঙবা ঙমদ্রবদি মহাক অদু আর্টস ওইরিবরা ? Critics শিংনা খুম্বা য়াই অদুম্না য়েকপা অদুবু (Modern contemporary) নি, অদুতা নত্তনা অমানবী য়েকপা Realistic Artist শিংবু থাইনগী অমনবা style traditional হায়নিংলম্বা য়াই । থাইনগী চৎনবীনী হৌজিক কালগী নত্তে, অমনবা আর্টনী অসিনি ।

* চৎনদ্রবা অমানবী অসিসু ভারতকুম্বনা তম্বদা পাক হেক্তা ঙমলরোইদবা মখল অমনি, অরাইবা থবক নত্তে ।

ঐনা অমুক হায়জনিংই - করিগীনো রুশিয়াদ হৌজিক হৌজিক অমানবীদা ভারতনা ঙমলরোইদবা Gigantic size গী statue, sculpture য়াম্না শাগৎলীবা। অদু ওইরবদি মান্দ্রবসু য়ারবা করিগুম্বা অচুম্বা form Anatomy উৎ- তনা ভাবনা পংফদা ফজরবা থিমদা পংপেন্দা পেনবনা আর্ট ওইরবদি মী পুম্নমক তমদ্রবসু আর্টিস্ট লোইনা ওইবা তারে। তমলুবগী কান্নবা লৈত্রে । মতাং অসিদা - ইচং থৌনা হায়জনিংই- ইউরোপকী চহি লিশিং অনিরোমগী অমদি রিনাইসেন্স পেরোডকী শরুক অহুম চহি লিশিং অমরোমগী Remarkable masterpieces Monument of Art works

পৃথিবীনা য়ানরবা জগৎ সংশার অমা ভারতনা থাদোকলমলগা Modern Art কী World দা হেক্তা খোংদোরকফম ওইররে । মতাং অসিদা করিগী অসুম্না ওইরকলীবা মোৎ পীজবা তারবদি - অচুম্বা কয়া থাদোলম্বনা ভারত মচা কলাকারশিংগী লাইবক থিবা ওইফম থোকই খনজৈ ।

Renaissance মতমগী থবকশিং অসি তমদুনসু পাক পাক হেক্তা হৈবা ওইথোক্তে । হৌজিক খন্দুনা য়েংবিয়ু ভারত মচা কয়ানা Statue কয়া শানরে অদুবু Detail কুপ্পা শাবা ঙমদে, খ্বাইদগী লুবদি ফিরোল শাবদনী নেচর তাবা য়াম্না ৱাৎলী English কী Skill য়ৌগদবা য়াম্না ৱাৎলী, হৈত্রিবা অদুসু হৈফম থোকই হায়না সরকার অমদি শেনজাও পাইবাশিংনসু Patronage তৌবসু তৌবিদ্রে । মরমশিং অসিদগী ঐখোয়না খন্নবা তারবদি অসুম্না হায়জনিংই - Historical গী মতম কয়াদা পৃথিবীগী অচৌবা সরকার অমদি নিংথৌরোল কয়ানা Patronage তৌবিরম্বা অদুগুম্না ভারতকীদি নিংতম্বা হেক ফংবগা প্রজা কয়ানা ৭৫% না চরা হেনব অমদি ফি শেৎপা ফংদবা ৱাখল থোকত্রবা প্রজা করোরদা লৈরমলে , মতাং অসিদা মহাত্মা গান্ধী অমদি জৱাহরলালগুম্বা কয়ানা ফিবম অদু খঙবা অমদি উবদগী সরকারগী লৈজরিবা শক্তি পুম্নমক প্রজাগী Development তৌরকপদা শিজিন্নবা তারকখি, লৌউশিংউবা, ইরিগেসনগী দামনচিংবা, ইন্দসত্রিজ কয়াদা, স্কুল, কোলেজ শাবদা, সরকারগী তঙাই ফদবা বিল্ডিংস মচা মচা কয়া শাবদা, হান্নরা শেমগৎ শাগৎতবা য়ারমদবা কয়াদগী Plan project কয়া হোৎনদুনা অকনবা খোঙথাং লৌখৎখী । মরম অসিদগী সরকারগী ওইবা Stress পুম্নমক Development শিংদা হোৎনখিবদগী সরকারনা Patronage তৌবা ঙমলক্তবনী খনবসু য়াই । অহৈবা অমসুং অখঙবা কয়া লৈরমগনি থাজৈ, অদুবু হৌজিক্কী ভারতকী লৈরিবা ফিভম অসিদি চুম্নতগী কলাকারশিংগীতা ওইবা Professional ওইনা খর খরতা earning তৌদুনা হিংনবা হোৎনজবা অমদি Portrait য়েকপা লাই মচা মচা খরা য়েকপা Toy, Doll নচিংবা শারগা য়োনবা খ্বাইদগী পীকপা Trade ওইনা চৎথনরক্লি, মসিমক্না Foreign গুম্বা অচৌবা সরকারগী ওইবা Project কয়া পাইখৎতুনা Monument, Remarkable ওইবা থবক্তা হোৎনবগুম ঙমফম থোক্তবনা Western, Renaissance কী থবককুম্বদি ভারত্তা ওইদ্রিবনী খল্লী ।

অসিগুম্বা থবক্তা লাইরববা কলাকারশিংনা নিংথৌ অমদি সরকারগী full patronage য়াওদনা চরা হেল্লগা চহি কয়া মাংদুনা শুবা হোৎনবা ঙমফম থোকপগে ? মণিপুরদা লৈরিবা Mahatma Gandhi গী Statue, Proportion Anatomy লাল্লী, অঙাংনা শাবা মাল্লী (Childish) Netajee গী মোইরাংদা, য়াম্না ফজদে মরুওইনা ফি শাবদা হৈতে য়ৌদে, মসি Calcutta রোমদা শারকপনি । ইউরোপীয়ানশিংগী চহি ৫০০ লিশিংগী মমাংগী য়েংলুরগা য়াম্না খেন্নমনবদুদা হায়জবনি, হায়রিবসি ঐনা ঙমগনি হায়জবগী ব্রা নত্তে, হৈতবা শোৎথহৌবগী রিফর তৌবতনী, মতাং অসিদা শিংথানদবা ঙমদবদি Marble অমদি Bronze নচিংবা কয়ানা ফিরোল শাবদা মীমক্‌না শেৎতুনা ফম্বদগী হেন্না মানবা য়াওরী অপাবা, অথাবা খেন্ননা শাবসু হৈ, অদুনী ঐখোয়না তম্বদা ঙমলরোইদবা ।

মতাং অসিদা হায়জনিংবদি - মোর্ডন আর্টসদা পুল্লপ Stress পীসিনবা চুমদে। মোর্ডন আর্টসু মোর্ডনগী Branch or room অমা লৈফম থোকই, লৈশনু পৃথিবীগী চৎনরক্কি, অতৈ অমানবী অচুম্বা Scientific Study কয়া চংবা branch পুন্নমকপু Catagorically থৌগৎফম থোকই । নত্রবদি মণিপুরগীদি Young Generation of Artist শিংগী তুংদা ফিভম লুনা লৈরকপা য়াই । critics অমদি appreciators শিংনা অদুক্কী মতিক চমন্নবা মানদবা আর্টতা ফিলোসোফিকেল থিমদবু থাগৎপীবা তারবদি অসুম্না হায়জনিংই অচুম্বা লাইয়েকপগী থবক্তা মী অমগী হিংবা য়াবা লম্বী অমা ওইরক্কদবগী লম্বী অদু ফৈনা থৈদোক্তুনা শেরান্ননা চৎহনখীনবগী থৌওং ওইরকলোইদ্রা ? মরম অসিনা Critics শিংসু মোৎ অমত্তা মান্নদে, মী কয়াগী তোখাই তোখাইবা Appreciation লৈ, অমনা থাগৎপা অমনা থাদবা হৌনবনী ।।

প্রমাণ অমদা - Drama গী Play অমদা অঙাওবা শাবা Actor অমবু খ্বাইদগী ফজবা রোলনি হায়দুনা Judge শিংনা ফার্স Prize গী মনা পীখি । খুদক অদুগী অঙাওবা শাবা মী অদুনা অঙাওবা অমগী শক্তম লৌদুনা মতৌ তম্বদা অঙাওবমক মানবা অদুদা জজশিংনা পেল্লদুনা মনা পীখি, য়াম্না থাগৎনখি, অদুবু অচুম্বা ওইনা ওঝা অদুনা তশেংনা অঙাওববু পাম্বদি নত্তে মরমদি য়ুমদা হনখ্রগা মচাশিং অমত্তবু ঙসিদি ড্রামাগী অঙাওবা শাবদু য়াম্না ফজখ্রে, নখোয়সু অদুগুম্না ফজনা অঙাওবা মালহনদুনা ফি শেগাইবা শেৎতুনা চৎলু হায়দে, করিগীনো ?

মোর্ডন আর্টসগু অদু মঙাই অয়েংবা মী ময়াম্না অমদি Critics অমসুং Appreciator শিংনা য়াম্না থাগৎনৈ comment নচিংবা পিনৈ, Magazine Journal কয়াদা ৱাংন থাগৎনৈ অদুবু critics কয়ানা অদুগুম্বা মমল য়ামলবা লাই, করম্বা Critics শিংনা লৈবিশ্রবগে অমদি থেৎনরিবগে খঙজনিংই। হায়রকপা য়াই আর্ট অদুতবু ফজৈ থাগৎপীবনি লৈবগী ৱাদি কনানা খংগনি অসিনি, মতাং অসিদা রিফর তৌজগে Arts Society গী Seminar অমদা মীশক নাইরবা অমদি কলাকার খরনা লাই লৈবিদে হায়না প্রজাবু ৱারৌবা ফোংদোকখি। মতাং অসিদা খন্নবা য়াই লৈবিদ্রিবা করিগীনো ? পাম্বীদ্রিবা করিগীনো ? অদুগা মমলনা অফাওবা মীগীদি মমল য়াম্না লৌনৈ হায়দুনা মমল য়াম্না য়াম্না থারিবরা ৱাফম অমসুং লৈরি। ৯০% না ফজবা অমানবা পাম্মী, মী খরতগী ওইবনা মোর্ডন আর্টনী হায়নিংই। প্রমাণ অমনা চাইনাদা ফৈজোম, শারী য়োল্লবদি সিৎকদরা নত্রগা পাম্নগদ্রা ? হংবা য়াবা ৱাফমনি! শিচুয়েশনগা চান্নদবা সোসাইতিগা চান্নবা হায়বসিসু খন্নদবা য়াদে, চুম্নতগী পোজিসনতগী ৱানী মোর্ডন আর্টপু হুল্লুবগী ৱা নত্তে। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি Rodin গী আর্ট লাইরিক্তা নৈনবা কান্নগনি, Human form realistic style দগী খরা খরা technic হোংলক্কুনা মথং Stage by stage থৈথরক্কুনা deform তৌবা মীগী ফোর্মদি মানবা য়াম্না Latest style গী উক্লোং ৱাক্রোং, উতুপ মাল্লবা ফাওবদা অয়েংবা মীদা খংহন্দুনা নুঙাইবা ফোংদোকই। অদুগুম্না অয়েংবশিংদা খঙননবা খরসু হোৎনবা ফৈ, ভারতকী অয়াম্বনা চমম্নবা ঙাক্তনা চৎথরী, অদুবু Realistic য়েকপদা মান্দবা সেড তৌবা হৈতবা য়াম্না থীবা Perspective নচিংবা হৈতবা মোর্ডনসু নত্তবা কয়া ঐখোয় স্বাইদসু লাই কয়া উরি। Standard য়াওদবা অদুগুম্না মোর্ডন আর্টতসু হৈমনদদুনা Indian artist শিংনা য়াম্না থিবা ভাব তাদবা চহি ৫ - ৬ তা শুবা অঙাংনা খোৎপদৌনা অমরোমদা Primitive stage গী মীওইনা লাইরিক ময়েক থোকত্রিঙৈদা য়েকপগুম্বা তত্তনা উনরী মসিবু মোর্ডন আর্ট ওইরবসু Standard য়াওদবনী হায়নিংই হৈতবনি হায়নিংই Childish ওইবা মখল অমা ওইরক্লি নিংজৈ। য়ামদ্রবা আর্টস অদুগী Concept অদু অয়েংবা মীদা খরদি ভাব তানবা খঙনবা হোৎনফম থোকই।

ভারতকী মোর্ডনগী ৱানী, পৃথিবীগী নোংপোক্তনা চিনা, জাপানগী তোপ- তোপপা মখোয়গী ওইবা মখল লৈজবদৌনা ভারতকীসু লৈজৈ মতম খরগী মমাংদা Bengal School of Art হায়না হৌদোকলমলবসু বেঙ্গলতগী

ওইবা আর্ট লৈবদি ঙমদ্রে পুন্না Indian art হায়না- মমাংঙৈদা Mughal Painting, Rajput Painting গী style শুম্না তৌবা Perspective কয়া কন্না শিজিন্নদবা য়াম্না fine ওইনা, কুপ্পা য়েকপা, অকুপ্পা out line শিজিন্নবা মখলগী আর্ট য়াম্নসু ফজবা ভারতগী ওইবা অমা লৈবা হৌরক্লে । মসিবুদি ঐখোয়না য়াফম থোকই ফজবসু ফজে হায়জনিংই। অরিবদা হায়রগনা Ajanta cave কী অয়েকপশিং ফজদে হায়বা য়াদে মী অয়াম্বনা থাগৎনরী । অরোইবদা হায়জনিংবদি হৌরকলিবা নহারোলশিং অসি Professionally হিংবসু য়ানবা খরা শিনবিবা, হোৎনবিবা ফৈ নত্রবদি trade হোংবা তারক্কনী hobby গী ওইনা য়েক্কদবা Service লৈরবা মীওই খরতগী ওইনা য়েংবা তারবদি অখুবা মিৎয়েং ওইগনি, খরা পাকথোকনা চাওনা খন্দুনা য়েংবিবা চুম্মী । মৈতৈগী হায়নবা লৈ "লাই য়েকপদি ঙাওবনী" মসিমক্তী থাইনা tribal ওইনা লৈরিঙৈ primitive stage গী মীওইনা পৃথিবীগী ইরাং খঙলমদবদগি আর্ট করিনো করম্না শিজিন্নফম ওইবা করি করি কান্নবা খঙদ্রিঙৈগী পাওরৌনী । ঙসিদি The World of Art মুন্না খঙনবা হৌরকলে, খঙবা মী য়াম্না মণিপুরদসু লৈরকলে।

মতাং অসিদা আটিসকী থবক্না Camera না ঙমদবা Cartoon য়েক্কুনা full length cinema picture কয়া পুথোকলী, Illustration কয়া য়েক্কুনা comics, classics story কয়া য়েক্কুনা মীওইবগী থবক অয়াম্বা machine না অমদি electronic না মুনথ্রবফাওদা কলাকারশিংগী শেন য়াম্না ফংন্দুনা অমদি Society গী কান্নবা হিরমদা contribute কয়া তৌরক্লিবা অসিসু আর্টিস নত্তে হায়শিরা ? হায়বদি সমাজনা পাম্বীদবা অমদি শেল ফংদদুনা লৈবা আর্টস ওইববুদি শেল ফংনা সোসাইতিগী needy ওইবা full fill তৌদুনা শেল ফংদুনা আর্টকী ফিলদা চাওখৎপদু আর্টিস নত্তে হায়নিংলিবা অদুবু করিগীনো? মদুমনা লান্না লমজিংবিবা মতুংদা নাহারোল কলাকারশিংনা ব্বারৌনরক্কনি ।

Technical skill in the use of Marble, The Melodramatic grouping and intensity of facial expression অসুম্না "The Art" না হায়রি Santa Teresa হায়না মমিং থোল্লীবা মার্বল Statue অসিসু নৈনবদা য়াম্না কান্নবা অমনি, ১৬৪৬তা কলাকার Bernini না শারম্বনী, রোমগী Santa Maria della Vittoria দা লৈবনি । মসিমক মার্বল শিজিন্নবগী হৈশিংবা উৎপা Realistic Art নী ।



America গী Mount Rushmore দা হক্নুনা শাবা American President মরিগী শক্তম

অতোপ্পা য়াম্না চাওবা Historical Monumentওইনা আমেরিকাগী South Dakota দা লৈরিবা Mt. Rushmore কৌবা চিংজাওগী Black hills চিংদোন্দা আমেরিকাগী হৌখ্রবা প্রসিডেন্ট মরিগী মকোক্ মমাই হক্কুনা শারমলিবা (i) George Washington, (ii) Thomas Jefferson, (iii) Theodore Roosvelt, and (iv) Abraham Lincoln অসিনী । অসুম্না ৱাংখ্রবা চিংদা অশুক য়াম্না চাওনা শানবা হোৎনবদা লৌরমগদবা Trouble খুৎকী হৈশিংবদা নত্তনা স্কেলদগী Enlarge তৌনবা হোৎনবদা অরাইবা থবক ওইরমলোই, মসি National Memorial ওইনা থমলবনি, মতুং চহি চা কয়া অমদি লিশিং কয়া লৈহৌরবসু কোন্নগী মীওইবা কয়ানা America গী ইতিহাস নৈনবদা চাওরবা মতেং অমা ওইবতা নত্তনা আর্টকী হৈশিংবগা পানখ্রিবা প্রসিডেন্তশিং অদুবুসু মশক খংবা ঙমলগদবনি । মান্দ্রবদি খংলোই Historical Monument ওইবা য়ারোই । প্রমাণ ইকুই কুইদ্রিবা চহি ৫০০ গী ৱানি "চৈতণ্য মহাপ্রভু"গী চপচাবা Sculpture অমদি painting ওইনা লৈরমদবনা, ভাবনা শাবা Imagination concept খরনা লাই ওইনা, উনা, ধাতুনা লাৎনবা শাদুনা লাইনুংদা থমলি । অসিবু চৈতণ্য মহাপ্রভুগী অশেংবা শক্তমলা ? মাল্লী হাইবা ঙমবীগদ্রা ? হংজনিংই ! চুম্না হায়বা তারবদি শুকনৎ নত্তে, মানসু মালমল্লোই, অদুনদি মতাং অসি Realistic কী দরকার ওইরম্বগী কান্নববু শিংথাজবনি । লাইগী ৱারিনচিংবদা ফোটো লৈরমদ্রবসু আর্টিস্টকী মোৎনা ৱারিশিং অদুগী মগুনশিং অমদি থিমশিং তারগা অওইবামক ওইরবোই নিংনবা, য়েংলিবা মীওই পুম্নমক্তা attraction পীদুনা convince তৌহন্দুনা থম্মোয় চিংশিনবা ঙম্নবা হোৎন্দুনা Appreciation তৌনরিবা অসি Realistic ওইরম্বননি নৎলমদ্রবদি ২শুবা প্রমান ওইনা- নুং ১ তুলশিবুংদা হেক্তা থমলগা মহাদেবনি খনবদো

চৎনদবসু নৎত্তে লাইনি থাজরগা লোইরে ... অদুবু ফজনা মহাদেব অদু মূর্ত্তি ওইনা য়েকলবদি শুকউ উহৌদ্রবা মীওইবনা মানখ্রেদা হেক্তা হায়নৈ, অদুনদি মীওইবনা পেনবা অসিবু করম্বনা পেনবগে খন্নবিয়ু নুংদুনা চুন্নিবরা ফাইল আর্টকী অয়েকপনা চুমলিবরা য়াম্না খন্ননিঙাইনি ।

অমগা ওইনা পনজগে - আমেরিকগী প্রসিডেন্ট ওইরম্বা Abraham Lincoln গী চাওরবা মূর্ত্তি নুংঙৌগী অমসুং লৈরি মহাক অসি আমেরিকাগী খ্বাইদগী ফরম্বা প্রসিডেন্ত ওইরম্বগী Historical Monument ওইনা ফুট ৬০' ৱাংবনি - অচৌবা শংলেন অমা শাদুনা মনুংদা থম্বনী, Washington দনী। মসিসু তুংদা লাক্কদবা মীরোন্না মহাক্কী মশক মতৌ, ফিজোলনচিংবা মুন্না খঙবতা নত্তনা আমেরিকাগী History নৈনবদা চাওরবা নৈননিঙাই ওইরক্কনী, প্রসিডেন্ত Abraham নী হায়দুনা নুংজাও অমা থম্বনদি মশক খঙবা ঙমলোই - মসিসু সমাজগী কান্নবদা হেল্লী হায়নিংলোইদ্রা ? মতাং অসিদা হায়জনিংবদি মোর্ডন আর্টতনা চৎনরক্লিবা ভারতকী Art movement অসিবু খরা নৈননিঙাই ওইরকলবরা অসিনি ।

Modern Abstract Art পাম্বীবা নহারোলশিংনা Portrait য়াম্নসু য়েকপিরি অদুবু Picasso অমদি Van Gogh কুপ্না য়েকপিদ্রিবা করিগীনো ? Brush strock থমদুনা পংতৈ তৈশিন্দুনা য়েকপসু য়াবনি অদুবু তৌদে করিগীনো ? অদুমনা তৌরুরবদি মপু অদুনা লৌ হায়বা য়ারোই খন্দুনা তৌনদবনি অসিনি । অদুনদি মোর্ডন আর্ট অসি Exhibition তগী ওইবা Painting মখল অমদা লাক্লে হায়বনা চুম্বনি । মীয়াম্না পাম্নরিবা অদু নত্রবদি শেল ফংদবা তাবনী পাসেনতেজ অয়াম্বনা Realistic পাম্মী ফোংদোকচবনি । কোক তাংবা লুখম অপাকপা অমদা মনা অফনবা অনি হাপলগা (মমিৎ মনা য়াউদ্রবসু) গান্ধি হেক্তা মাল্লী অদুবু মসি অতৈদদি ওইথোকপা ৱাগনি Phylosophy দতা ঙাওদুনা লৈরবসু, প্রমাণ পাম্বে পীবা হৈদুনা তৃক য়াম্না হৈদুনসু মদুনা অচুম্বা ঙাক্তা ওইফম থোক্তে Adventurous life অমগুম

অচুম্বা থবক্তা খরা চংশিনবগী দরকারসু ওই । অরোইবদা হায়জনিংবদি ভারতকী ওইনা মোর্ডনদা থৌরাই য়াওমনখরে Stress পিশিনবা হেনমনখরে হায়নিংবগী মোৎ ফোংদোচবতনী অমানবদি চৎনদ্রবনিনা ভারততা হৈবসু য়াম্না লৈরমলরোইবু খনজরে মরমদি - হৌজিক হৌজিক ইম্ফালদা লাই য়োনফম বজারদ দুকান্দা য়োল্লীবা লাই ময়াম অমদি থারকলীবা Calendar শিং অসি অমানবা নৈনবা য়াবা তমনিঙাই ওইবা অমত্তবু য়াওদ্রে, Anatomy চুমদবা, Perspective য়াওদবা ঙাক্তনা থল্লে। মসিনা তাকপবু ভারত অসি Realistic য়াম্না হৈত্রে তাকপনি হায়বদা লাল্লগদ্রা ?

মোর্ডন আর্ট অসিবু Exhibition তগী মরুওইবা style ওইনরকলি অমদি নহারোল কলাকারশিংনা ফাওনিংবগা মতুং চহি তরা- কুনদংগা চৎথরকলবদি হৈথরক্কুনা সোসাইটিগা তিন্নবা য়ারক্তদুনা অবাবা তারকপা য়াবগী ফিভম খন্নহৌবা চুন্নে ।

মথক্তা ইজত্রীবা পুম্নমক ঐনা ফংজরকপা চহি ৪৬ কী experience কী মতুং ইন্না হায়জবনি, ময়ামদা অকাইবা, অরানবা য়াওরবসু ঙাকপী হৈবা গুন্না ঙাকপীয়ু, কলাকারশিংগী ফিভম খরা ফগৎহননিংলবদগী চুম্নগী মোৎ ফোংদোকচবতনী । য়াম্না কুইনা আর্টকী ফিলশিদা ঐনা তৌজরকপা Study মোৎ ওইনতা ফোংদোকচবনি, ঙাকপীগনি - ।

*ইজবা*

**শ্রীরাজকুমার চন্দ্রজিৎ সনা (আর কে সি এস )**

(আর্টিকল অসি ১৯৮৪ দা ইবিরম্বা, ফোঙদোকখিদ্রীবা মেনুস্ক্রিপত্তগী ফোংদোকচবনি )



*Michelangelo না Design তৌদুনা শারম্বা St. Peter's Church*



*Tiepolo না য়েকলবা The Adoration of Magi -1753*



***Wright of Derby* না য়েকলম্বা *An Experiment on a Bird in the Air Pump (1767-68)***



# চিত্রকলা রত্ন রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা.সিংহ
## (আর কে সি এস )
## ১৯২৪ - ২০০৪

### ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। আর কে সি এস - মহাক লৈখিদবগী তেংথাখোল (২০০৫)

২। আর কে সি এস - মহাক্কা ইরন্না য়ারেংশিং (২০০৬)

### ফোঙদ্রিবা লাইরিকশিং ঃ

1. History of Manipur in Paintings by RKCS.
2. Cultural Paintings of Manipur by RKCS.
3. With my visitors by RKCS.
4. Sketches and Drawing of RKCS.
5. RKCS, a Press Review.
6. RKCS, a Story in Photographs.
7. ঐগী পুন্সি য়ারি - ইজবা ঃ আর কে সি এস

### মনা মথুম, রেকোর্দ অমসুং ইকাইখুম্নখিবা ঃ

১) থিয়েটর সেন্টর মণিপুরগী "বেষ্ট ষ্টেজ দেকোরেটর" (১৯৬০)

২) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী "শীল্প ভুষন" (১৯৮১)

৩) মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী "ফেল্লো" (১৯৮৯)

৪ ) মণিপুর সরকারগী রিপব্লীক দে থৌরমদা "গোল্ড মেদল" (১৯৯১)

৫) লীমকা বুক ওফ রেকোর্দসকী
"মোষ্ট একজিবিট এট সোলো একজিবিসন" (১৯৯৪)

৬) রোটরী ক্লবকী "সিনিয়ার সিতিজন" (২০০১)

৭) মণিপুর ড্রামাতিক ইউনিয়নগী "গম্ভিনী এৱার্দ" (২০০৩)

৮) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী "চিত্রকলা রত্ন" (২০০৫)

Printed at :
Monica Printers, Keishamthong Bazar, Imphal